# দুখী চেনব ।

# সুমী তেপম।

( অঙাংম শাবনব লীলা চা )

## ১ম থেপ

শরৎ ঋতুগি মুংখিল অম, থাংজ মুমিৎত হাক ছুটি থাহুন স্কুলদগি ছাত্র ছাত্রী শিং হনমিন্নরকই। বস তোংব কংক্লোত্রে, মমুম মমুমদগি গাড়ী সু থানরক্তি। Green and white uniform শেংলি, লাইব্রিক থা e, টিফিন কেরীয়র, থংমৈ ক্লাঙ্কনচিংব মাইম সেংবান্দ মাগি মাগি। লম্বী মপানগি লম্পাক অমদ ছাত্র ছাত্রী ময়ামত্থু বারী শাদ্রি।

ভৈ— Brothers and sisters হয়েংদি Sunday নি, ওংগাইরিব লীলা অম শাজাব। নহান স্কুলদ শাবরহুদি I don't like at all.

ময়াম— Yes, Yes, শাম্নসি, Bible গী বারী নত্তব অম।

পা— রামায়ণ মহাভারতকি শাসিন্নাও? ঐদি বারী মাম ফায়, ইমান নীবিহুনা।

থাজ— মহাভারতকিদি তত্তি, ঐদি দ্রৌপদী শাব চম্মোই।

প্রিয়— রামায়ণগি শাম্নসি ঐ সীতা শাগে।

কৈ— রাওই অপায়শমরবা? ঐ রাম শাগে অমদি।

য়ুম— অত্তুদি হিংচাব হিংচাবী হাংপ ডমগত্রা নংবো? yes, দারোগা বাবুগি মচানি নং হৈনি।

ভাই —য়োং শওমগি লান্মী কদায়দৈ থোম্মুদৌরিব—ঐখোয়গি স্কুলগি ছাত্র ছাত্রী, fathers and sisters য়াওরবস্মু মীশিং শুনরোই।

লৈ — Modern গি ৱারী অম হেক্ত শান্নসিবা। শাবস্মু ৱাদনব, পোষাক্ত ইপাগি ইয়াম্বগি হেক্ত শেংনরকপ।

য়ুম— মতুন কৈ, Daily paper দা য়াওব ৱারী মচা অম হেক্ত শান্নসি।

প্রি— চাক তাংবন ভিক্ষা নীত্তুন চংনব, চরা হেনবদৈ মচা হাংপ, মশাস্মু শিজব শান্নসিরাও ?

থাজ— মত্তু তপ্লি, চরা হেন্দব ঐখোয়ন অত্তু শাব হৈনরোই।

পা— ভাইখো, অম লৈরে—নহান্দ থুপীমচা অমবু পাখণ্ড অনীন চিংউবগি কেশ অম ঐখোয় পাবুংন য়ুমদ তৌখি মত্তু শান্নসি মুংভাইনি, ঐ ঐখোয় পাবুং জজ শাগে, পোষাকস্মু ৱারোই ঐ লোম্ন পুজরক্কে।

ভাই— মত্তু শান্নসি, থুপীত্তু হাসপটালদ পুরক্তুন ঐখোয় পাবুংখোয়ন examine তৌই হায়, ঐ পাবুং শাগে, ডাক্তরগি থুংলাইকাস্ম থুনলৈ, ঐ হেক্ত পুজরক্কে।

কৈ— নহান খবরদ থুপী চেনবগি ৱাথোক অম য়াওখিবত্তু ওইর্ভারে। ঐখোয় পাবুংন Inquairy officer ওইখি। ঐ

পাবুংগি পোষাক শেংলগ কনা কনানো ফাগে পাখঙ শাও
মমাই থকপ।

নৈ— ফাসম্ মিষ্টার য়ুমজাও, ইমানী পাখঙ মরল নৈব শাসি। নখোয় father দগি বিলগি নোট অহনব মপুন মপুন খব পুরকউ।

য়ুম— বেরা নৈতে মিষ্টর নৈশঙ, মন্ত্রীমচা নং—নখোয় পাবুংগি কার অহনবহ্ পুরকউ, মুপীমচা ইবেম্মা ইমানীন চেন্দো-রিবসি কনান শাবীদগে?

খাজ— ঐ শাজগে কার তোংলগ তপ্প থোক্তুন চেনগদব, চাক য়েঙ্খাং অহাওব পীজদোব ওইরবদি।

প্রি— ইবেম্মা নংস্থ নয়ুম পাল্লগে হায়হ্রুন চেল্লক্রবনিন নখোয় পাবুংগি দোকান্দগি লোংত্তুন থম্ব চেং অফবহ্ বোরা মচা অমত্তদি পুরকউদন, কার মনীংদ হাপ্লগ মন্ত্রীগি কারনিন দারোগান ফাক্তুন য়েংদোবস্থ নৈতে।

খা— মন্ত্রী ময়ুমদ চেল্লগ চেং পুব হৌনদে, ময়ুমদ পীকথন্ন নৈ হায়নৈ।

প্রি— চেক্তি থর চেকশিনবীয়ু. মুপী চেনববু ওইরে, চেং লোংপবু ওইরে অরানব থবক আইন কায়বদি পাবুংতোন এদভো-কেটন হায়রিব নোংমদি শোয়দন চোপ্পনি হায়। ঐ পাবুং-তোনগি পোষাক শেংলক্কনি,--মুপী চিংব। চেং লোংপ-শিংগি মথক্ত কেশ লোখৎকনি--খঙঙ্।

কৈ— I shall help you, darling—ঐ ইপান পোকপ

মচানি, পাবুংগি মহুৎ ঐ শারকনি Let us see—লৈবাক-সিদ অরানব তৌরগ লোৎপ ভমগদব কনানো।

পা— মিষ্টার কৈরেন, শেল চারগ মরাল লৈব মী থাদোকপদি তৌনু। ঐ থভিভ ঐখোয় পাবুংসু শেল চায়, দারোগা বাবু-শিংদ নত্তে, উকীলশিংসু অরানব মীবু চুমহন্নব য়া য়াম্ন ভাংই লুপা য়াম্ন লৌরগ। নহারোল ঐখোয়দি ওক্তব অহল লোনগি মতৌ তম্ব য়াদে।

থাজ— ওক্তবৈ হায়রুরবদি ঐখোয় দোকান অমনব অমদ—কৌ চেং য়াম্ন লোৎলি—চেং মুক ভাংলব মতমদ পুথোক্লুন য়োন্দে, হেন্ন ভাংলগ য়োনগনি হায়রুন। ঐবু ভস্তান চেল্লসি হায়ত্থন ইঞ্জিনিয়ারগি মচা মন্ত্রীগি মচান হৌরবদ য়াগদবসি, ঐবু মাই হায়রোইদ্রাও ইচে পার্ব্বতী?

লৈ— ভাব তাদ্রে নং থাজমানবী ইবেম্মা। নখান য়াদ্রবস্থ য়ুমজাও বাবুগ ইমানীন ঐখোয়গি কারদ থাঙৎতুন পুদোরিবনি by force।

থা— অদুদি ঐদি কোইরাও লাওনি।

য়ুম— ইবেম্মা নংগি তেনবা চিনবান অনীচু ফাজীন্নব ইবুংন মুপাগি রুমাল পুরক্নি।

লৈ— order please, পার্ট য়েন্নব লোইরেকো : মিশ পার্ব্বতীন মখোয় পাবুং জজ শাব, দোকান্দার বাবুগি মজা ইবেম্মা থাজমানবীন Heroine শাব, মন্ত্রীমচা লৈশং ঐন Hero শাব, ইঞ্জিনিয়ারগি মচা মিষ্টর য়ুমজাওন ঐগি helper—

য়ুম— One minute please, মীগি মতেং পাংদুন মুপী চেনব-গিদমক্তি নোট অহনব মপুন মপুন পুরকপ ওস্নোই dear লৈশঙ। নখোয় পাবুংন খবক হাপ্লদ চাখিব শেল, দো-কান্দারশিংদ monopoly পীখোকপদ চাখিব শেলশিংহ লোয় পুরকউ।

লৈ— Never mind, শেলগি বেরা লৈতে, ইপান মন্ত্রীগি, ইলেক্সনগি চংখিবত্থ ফঙ্গিনদ্রি হায়—অদুবু, any how ঐ পুরক্কে।

পা— প্রিয়ম্বদান এদভোকেট শাব, মিষ্টর ভাইটামিন্ন মপাবুং Doctor সাহেব—

ভাই— Order please, my name is not Vitamin—Vitamin হায়বত্থ ঐগি অশাওব মীংনি, ঐবু পাবুং শাহুন লীলা য়াও হায়রবদি ঐবু পেনিসিলীন কৌবীয়ু।

( ময়াম নোকই )

পা— Excuse me doctor পেনিসিলীন, অদুগ কৈরেন বাবুন মপাবুং দারোগাবাবু শাব তারে।

থাজ— লীলাবু কদায়দ শান্নদগে ?

লৈ— ঐখোয়দ শান্নসি হায়ববু ঐন মুপী চেনব পাখঙ শাদৌরি-বনি ইমা উখিনি ইকাই। য়ুমগি কা অহাংব য়াম্ন লৈব মিশ পার্ব্বতী জজখোয়দ শান্নসি।

কৈ— মহুন ফরে। ময়াম্মক শোইনব য়াদে, হয়েং Sunday মুংখিল পুং ২ তাবদ লীলা হৌব। কার লাক্লে তোংখ্রসি।

ময়াম—ফরে, শোইনরোইসে।

( হরাওদুন হুইশেল খোডনৈ, কার মখোল তায়, খাশ্মৈ, ইরাং লাংনৈ. কাখৎলগ চৎনখ্রে )

---

# ২শুব ডাপ

অয়ুক পুং ৭॥০ তারে, লম্বীদ লৈশঙন ফীভৌ লংজম মপাগি শেংলকই তাখৎলবসু জোন জোন, ব্রাকীং ষ্টিক পায়, য়ুমজাওন কোং ট্রাউজর নেকটাই মপাগিদু পিন্ন সুপচিলহল্লগ ইকোম কোম্ন চাদন শেৎলক লিংলকই ফীতা অম পায়রকই। ব্রারী শাদুন লাকই লৈবাক্কী।

লৈ— পঙখ্রব লৈবাক্কে মিষ্টর য়ুমজাও, ঐখোয়গি মনিপুরসে, নত্তে চাক তাংগে হায়রবদি হব্রাই চাও, মনা মশাঙ চাও, পুক অদুম থনগনি করিগি চাক্ত তান্নবগে ? লৈত্রবদবু কদায়দ কোংলুনি।

য়ুম— হব্রাই চানীংদে, মনা মশাঙ হৈনদে হায়রবসু চাক্কী মত্থুৎ পুক থনব য়াবপোৎ য়াম্ন লৈখ্রেন করিনো। নত্তে, ডা চাব য়াই, য়েরুম চাব য়াই, লদ্দু বেরা, মীঠাই পীকথন্ন লৈ হাংবনি য়ামগি তল হৈনদ্রবসু।

লৈ— চাক তাংবসি অমরোমদদি ফব জাৎনি, হায়ব ইন্দব

লাইরব মৈতৈ মরম ওকই, থবক শিঙ্গিন্নব য়াই। চেং পীগে ফো পীগে হায়রবদি হুজিক মখোয়ন য়াদব লৈতে।

য়ুম— মতম অসি নাম্বোকহনব য়াদে, অপাম্ব ভোটর নঙ্গগ মুপী মশক ফজবী, চাক মবুক থনব হন্দবী থিহোব ফৈ। মহক থগ্রবদি পাম্মী পামদে বেরা য়াম্ন তৌবত্ন চেং তাংলবসিদদি তৌনররোই।

লৈ— হায়ব ইনগদব ভোটর ওইরবদি, মশকপু ফজরবদি, লৈবাক্কী অন্নাব খিত্তং কোক্লব চাক থাক্নুন, য়ুমদ লোইব চুম্মী, হুইনাও ফাওব লোইনৈ।

য়ুম— ইপা ইমান শাওগদ্রনে ভায় ? চাক তাংবদ মীগি মচা পুশিল্লকই হায়দুনা ?

লৈ— পাবুখোয়সু লৈবাক্কী চাওখংনব শেম্মী, ঐখোয়সু মতুনি, করি শাওভম থোকপগে ? লৈতবগ অরৈবগ য়েন্নত্নন চাব লাইরিক্ক য়াওব ধর্ম্ম নত্রাও ?

য়ুম— ঐখোয়বু চহি নৌমল্লি হায়গদ্রাও ?

লৈ— হৌডক্লিইদে লেপশিনবনি, ঐখোয়ন চহি য়াম্মক্রব মতমদ মশক ফজবী তাখংখ্রবদি কমদৌনি ?

য়ুম— কারবারগি ভাবনি, মহু চুম্মী, অহল লম্মন্ন শাওব চুমদে।

লৈ— আদ লাকইবীসি কনানো মশক ফজে, ঐ লৌরগে ভায়, হৌদোং অরাংবীদৈ হেন্ন ফজৈ।

য়ুম— লৌজরো বেরা লৈতে, নং চেং য়াম্ন থীনব নিপানি- মা অম

থাকপদি থাকফৈ। হায় ফন ফজৈ, লৌব য়াই, য়ুমদ থ্বদ মীৎ ইংগনি। চাকপু কয়া য়াম্ন চারমদগে মহু হান্ন হংউকো।

লৈ— ঐগি ব্রান নংন ঙাংনবীব, নংগি ব্রান ঐন ঙাংনবাব—মহুন খর ইকাইব ফনি নং ব্রা খর হৌদোকউ মরুপ।

য়ুম— মহাক য়ানব ঙাংনবদি অরাইবনি, নখোয় ইমাহু য়াম্ন লিকই, হুং হৌদোং ফাওব চাক থাকপ ঙমদ্রবদ কৈদোন মীগি মচা লাইদোরিবনো চাক অরেম্বদ তিংনব হায়রবদি?

লৈ— হুই, হৌদোং, ষণ মীচান্দ পীথোকখ্রনি, মখোয়দৈ হেন্ন ফজব মুপীমচাসি লোইরসি হায়বদ ইমা শোয়দন য়ানি—বিদ্যা সাক্ষী।

য়ুম— বস, অংদি—I shall try, (থাজ লাক্লে) হেল্লো, থ্বান মানবী শকপেনবী! কদায়দ কনাগ শান্নব চংলি লাইরিক পুশিন্নহুন?

থাজ— শান্নব চৎপ নত্তে, লাইরিক তম্ব চংলিবনি। মুপীমচা ঐখোয়দি নিপা নখোয়দোন মতম মাংহনব য়াদে।

য়ুম— মতম ওইজনব ব্রা অম হায়গে অহুদি ওইজব পাম্বী, নয়ুমদ চাকসু তিংলরোইহ মতমসু য়ান্ন তোংলনি।

থাজ— কবি ব্রানো হায়রে, কেহুন অমুক লৈরন্নু, থেংখ্রপোংনি।

য়ুম—হায়রগেকো মিষ্টর লৈশঙ?

লৈ— মতম ওইজনব পরপ পরপ please.

য়ুম— থ্বাল মানবী নং মন্ত্রীমচা মিষ্টর লৈশঙখোয়গি পুথ্রাদ শাংপুরসি, চাকসু মখোয়দ মুক্তিগি চাব, মাগ লাইরিক তম্ব কামীন্নব, মাগ শান্নমীন্নব। হোয় হেক্ক হায়রকও।

থাজ— পুখ্রীগি লৈখোমদ থম্বাল ওইন শাংপ তল্লি। মন্ত্রীমমুমদি চাক নমথীব চারমনি—ই য়ুমদ হাওন চাজগে।

য়ুম— পুখ্রীদ কুমদোব নত্তে, প্রমাণ তৌবনি। মীওান্দ চেং নমথীব য়েল্লবসু মখোয় য়ুমদদি অহাওব ওাক্ত অহাওব য়েঙ্খাংগ চারিপোংনে। নখোয়গি দোকান শেন্দোং ফংনব হাওতবদ চাবহুন, পোং য়াম্ন বংকব ইমুংদৈ হেন্ন হাওগদ্রাও। নংসু থর য়াংনে মিষ্টর।

লৈ— ঐখোযদি এম্বোসেদার কার, স্কুটর, শগোল, শগোল গাড়ী তোংহুন শান্নব লৈ। Any day তোংমীন্নরগ সীনেমা য়েংউব য়ানি।

থাজ— ইকাইজৈব মীগি মপোং বুংইহুন শিজিন্নব, মীগি মচা লাইবক ফববু ঐগি ওইব য়াপোং নত্তে।

লৈ— মীপোং ব্রাইগদব নত্তে, ঐগি ইপোংনি, ঐগি ইপোং পূম্ব নংগি ওইবীরো ফজবী, ঐগি লাইবকসু নংগি লাইবক ওই-বীরো ইমানা মপূম অমত্ত ওইরবদি।

থাজ— ইকাইজৈ ওম্মোই, থেংলে চৎলগে।

লৈ— মুপী পূম্নমক নিপাগি ময়ুমদ লৈনরিবসিদি করিগি ইকাইরুনি ?

য়ুম— মুপী অতৈদি ইকাইনদ্রগ নথন্দ ইকাইরিবহু করিগিনো— নংবু মুপী নত্রাও ?

থাজ— মুপী ওইরবসু ঐদি ইকাই, ইকাইদব মখোয় লৈজসমু, ইকাইব ঐ য়ুমদ লৈজখিগে।

লৈ— ইকাইদবীশিংঙু পামজদে ঐদি, ইকাইগনবী নংবু পাংজে য়ুমদ থম্ব—নংবু লৈরবদি ঐখোয়গি দলালঙ্ অঙকপ ফংন ফজনি। করিগিনো নংন অতুক ইকাইরিবহৌবো? মুম্ম থম্নু শকনুংশি।

থাজ— মতম মাংনবনি ঐ চৎহৌরগে, হয়েং থর চাওরগ ইকাইব খঙলক্‌গ খন্নসি, হুজিক্কি ইকাইজরি।

য়ুম— মতম ওইজনব ঙম্লান মন্ত্রীময়ুমদ লৈহৌরে।—চাকম্লু ওই-জনি, মতমস্লু ওইজনি, মখোয়দ লৈন লৈন নং চাওরকখিনি — ইকাইরকখিনি ঐখোয় পাখঙ ফারকনি, ইকাইরক্নি। কয়া ইকাইনব্রিবৈ চেলহৌবসি মতম ওইজনব, লাইরিক তম্বস্লু শিংতনব, পূক্কিংস্লু লাংদনব।

থাজ— ঙম্মোইদ, ইকাইদ তল্লিদ!

লৈ— ইশক নুংশিদবৈ বারাও?

থাজ— নচ্ছদে!

লৈ— ইপা মন্ত্রীগি মচানি, ইবুংচেল পাকদোবোই নিংব্রাও? লৈবাক্কা মীনে ঐ।

থাজ— নীংজদে—য়াম্ন ফরিপোংনি, চামীন্নসি থকমীন্নসি—কাব তোংমীন্নসি হায়ববু ফত্তব রারাও। অতুদ ইকাইজৈদ!

লৈ— মিস্টর য়ুমজাও, হেক্ক চিংঙুন পুরসি মখুৎ নামঙু পায়ম্লু।

(অনীন চিংই)

থাজ— কনা কনানো থর থাম্বীয়ো, ঐবু অঙাং অনীন চিংবীরে। ইকাইজৈ হায়ব য়াদ্রে।

কৈ —( দারোগা বাবু ফীজেংত চেন্নক্রগ ,—কনা কনাগি অঙাংনো মশা মশান য়াদবী মুপী চিংলিবা ?

য়ুম— মাস্থ অঙাংনি, ইমান্নবনি বাবু দারোগা।

কৈ— মশান য়াজদন করি চিংই, কদায়দ পুদৌরিবনো ?

লৈ— মশান য়াদব নত্তে বাবু, ইকাইব ফনব চিংইবনি। ঐখোয় য়ুমদ থমগে ঐগ চামীন্নগে, শান্নমীন্নগে তৌবনি ফত্তব রা নত্তে, ফৌ শুগদব নত্তে।

য়ুম— কার তোংমীন্নরগ সিনেমা য়েংহুনদ লৈগদবনি বাবু দারোগা, মন্ত্রীগি মচানি, মাবু লোইগে হাল্লবিব নিপা অসে।

কৈ— ঙাইখো মচীন নিংথীন হংখিগে থানা ঐখোয়গি হৌনবী। নখোয়নী অস্থুরাইদ হন্দোকউ থর লাপ্ন।

লৈ— লাপ্ন লৈবদি ঙম্মোই, নখোয়নীন ঙাংনব রাস্থ ঐখোয় ভাগে, নখোয়নীন অমুক চেনখ্রবদি ঐখোয় তানব ফংহৌরোই মুংশা থী।

কৈ— দারোগা বাবু ঐবু থাঙদব—very sorry indeed! লৈবাক্কী ফনব তৌব থানানি খঙই।

য়ুম— খঙিউ বাবু, থানাগি ফনব তৌবস্থ লৈবাক্কী ফনব ওত। ঐখোয়ন চিংলিব অসিস্থ লৈবাক্কী সেবাদ চিংলিবনি।

কৈ— I see, নখোয়গি নমাংদ রা থর হংগে তাও। হায় ১পীমচা। নং নিপা অনীসি মশক খঙব্রা ?

থাজ— খঙজে বাবু, অমন মন্ত্রীমচানি, অমন Hill cutting engineer গি মচানি।

কৈ — নং মখোয়নীবু করি হায়ে, love ওইবীব্রা ?

থাজ — ইমান্নবনি, মশক ফজৈ, ইনাকথুনব মচানি থডিচ।

কৈ — Do you love them ? I say.

থাজ — Why do you ask me ?

কৈ — ঐগি dutyনি।

থাজ — থুমদব ঐদি right নি।

কৈ — অদুদি ওসাই করিগি থাপ্পীবু লাওরী।

থাজ — নুংশীরগ হেক্ক চেনগদ্রনে !

লৈ — Thank you darling.

কৈ — You keep quite.

লৈ — It is my duty as a lover.

য়ুম — খেংখিনবনি দারোগা বাবু, ঙা চানব লুপা এদং পায়বীখো, অদুগ লেংও।

কৈ — ঐ শেল চাব দারোগা নত্তে।

য়ুম — Do you love the girl then ?

কৈ — I love dear parents. মাবু ফাব্রবদি মমা মপান কপকনি।

য়ুম — মাবু চিংবীত্রবদি মান কপকনি

কৈ — চুথ্বা মুপীমচা ?

থাজ — ঐ ভাব তাদে বাবু, ব্রাথন্দ কোকভাওরে। হোয় হায়সি কদায়, মাই হায়সি কদায়, ইকোকতুম ভাওরে।

কৈ— নংখোয়গি য়ামি খুরাইদ লোইব য়াদ্রে, ডাক্তরদ চংনব তারে।

লৈ— হৈফ, চংসি চংলু।

( ওন্থু থর চংলগ ডাক্তর ভাইটামীন খাকপদ থেংনৈ )

ভাই— ঐ বিজগুগি খোরকপ কুইন্দ্রিব ডাক্তর x, y, z পাশনি, করিগুম্ব অমাখ ঐ য়েংব ঙম্মী, ফীদদি থর য়াম্মী, অমাবদি ফব য়াই, নরাইবক য়েংবীয়ু xyz খাজবীহুন।

কৈ— ডাক্তর সাহেব ! ( সালাম তৌই ) নুপামচা ২াসন খুপীমচা অসিবু জর্মীদ চিংলখদৈ খাম্বীয়ু লাংরকপ তাহুন ঐন ফারে। খুপীগি মচীন হংবদ মশান য়াই থডদে, য়াদে খণ্ডদে, মাম্মু ঐম্মু জ্ঞান মাংলে। ডাক্তর বাবুন পাশ তৌহুন য়েংবীয়ু, খুপী চেনগ ডাক্তরদ পুথংনৈ হায়।

ভাই— Yes, Doctor, ঐন য়েংগদবনি। নখোয় London Doctor গি fee পীব ঙম্ব মী ডাক্কিবো ?

লৈ— ঐ মন্ত্রীগি মচা ন ডাক্তর।

য়ুম— ঐ ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী মচানি, মী cutting বুদি hill cutting না শেল তাব হেল্লি।

ভাই— Honourable Lady, নমীংতু লাওখোকউ অমুক্ত য়েংগে।

( লাওখোরকই, য়েংই )

I see, মীংত বেরা থর লৈরে। Please excuse me,

পুক্ু অমুক্ত য়ে.গে। ব্লাউজ পোথোকত্রবম্ম য়ানি। (পায়হুন বিৎতঃ) চাক চারকত্রিবাও ? করি য়েঙ্গা: চায় ?

থাজ— তল চারকই শাক থরগ।

ভাই— ভাইটামিন ব্রাংলে, অহুন কুচুহ্ন ফজব ব্রাংপনি Lady.

থাজ— করি চারগ কুচু ফজগদগে -- চাক্ত ফত্রা তৱ ফত্র সাহেব ?

ভাই— চাকমু তাংই, তলমু তাংই, অমত্ত চাক্তনু ভাইটামিন ডাক্ত চাও, ঐন পীনি হিদাক্ত নবুক থব্রব। Name please ?

থাজ— থাজমানবী। য়ুম্নাক্ত কৈশাম্নি, য়েক্ত নিংথৌজা, পাবুংন ঐ লুহোংবদ লৌ পরি ১০ গ কার ১গ উম্নি হায়।

ভাই — I see, য়েক্ত নিংথৌজা।

লৈ— ডাক্তর বাবু, লাইয়েংবদ য়ুম্নাক য়েক হংবীবসিবু লাইয়েং লাইরিক্ত য়াওবাত্রা ?

ভাই— London Return Doctor দা মহুগি বাহ মতুং মনাও হংউমু। What is your name please ?

লৈ— My name is Leisang Sing, son of the honourable Minister ( health and hospitals, London and Indian Doctors য়েংবীরিব )

ভাই— কয়ুম্নো ? করি য়েক্নো ?

লৈ— মন্ত্রীমযুম, হিজময়েক্নি, অহেম।

ভাই— করি ময়েক ?

লৈ— ( পোদেম্মগ ) মৈতৈ ময়েক।

ভাই— I see, নাকথং শরুন্থ অমুক য়েংগে। ( ফুরিৎ তাখৎলগ উহল্লি ) sure, sure, T. B. suspect, x ray লৌব তায় হুজিকমক Hospital দা চংলগ।

ন্নুম— ঐবুদি য়েংবীরোইদ্রা ? ( muscle উংলি )

ভাই— নোইরেদা ! নোইমল্লে, Hospital দা চংসি Heart disease লৈরম্ব য়াই। কদায় ফী পীরো, হাসপাটালদ চৎসি।

লৈ— পাবুংদ গিল তৌবীরকউ। তমেংলোংদ transfer তৌহনগে।

ভাই— নং অমুক য়েংগে sir, দারোগা বাবু।

কৈ— শেল লৈজদে য়েংবীম্বু। থবক হাপ্পদ য়েংখ্রে।

ভাই— অদুদি লাকও চৎসি, হাসপটালদ চহি খুদিংগি নশা য়েংব তাবনি থবক তৌরবস্ত্র।

( প্রিয়ম্বদা এদ। ফাকেটকী পোষাক চোন চোন শেংভুন লাকই, লাইরিক অচৌব খর নাকলদ য়েপ্পকই, আনোক উপ্পি, ফন্দুন চংলি। )

প্রি— Professional Ethics কায়দনব ইশা থাগংপ নচ্চদে. অশেংবদ হায়জব জাংনি, ঐন মীগি লেপ্প কেশসি ইশামক্তী- গুম থরাই য়াওন লেপচৈ, ফী য়াম্ন লৌবদি হায়রুনু কোর্ট ফী নম্নব শেল লৈজত্রব রাদি শোক্লনিংব নিপ'গি শেল ফাওব পাংবীবজাংনি। মীঙোন্দ খৎনৌ কোর্ট কানৌ

ইন্সিনব মী নত্তে ঐদি। করিনো ইন্সপেক্টর সাহেব কৈনৌ-নবে ?

কৈ — মুপী চেনব হায়গদ্রা চিংব হায়গদ্রা ব্রা অম থোক্লরে। মহাগি ডাক্তবগ তান্নরম্বীবা।

প্রি — করি ব্রানো ডাক্তর সাহেব London return, মুপী চেনবগি কেশতি উকীল ঐখোয়ন লেপকদবনি, ডাক্তরন হিঙ্গোল থোপচীনবীরকপসি করিগিনো ?

ভাই — ডাক্তর ঐগি ইথৌ অনাব লাইয়েংবনি, মুপী চেনবগি মকদ্দমা নত্তে ঐন তৌরম্ম বসিদি, মখোয় অহুমসি ঐগি অনাবনি, মখোয়গি অনাবাস ঐন ফনব য়েংদ্রিবমখৈ থাদোকপ য়াদে; মশা ফরব মতুংদ মুপী চেন্সনু, চেনবগি ব্রাথোক কোর্টা লেপকসনু নত্রগ মুমাংদ লুহোংউসনু ঐগি বের লৈতে।

প্রি — মুপী চেনবা, মুপী চিংবগি কেশ হায়বসি তপ্প য়াদে—অথুব কেশনি, মতু লোইবগ কোন্ন লাইয়েংবায়ু।

ভাই — No madam, হকচাংন মীওইবগি মরুনি. Priority to health. মখোয় অহুমগি মরক্ক লোনব য়াব T. B. গুপ্ত লাইনান নারম্ব থোক্লবদি কোর্টকী জজ অমম্বুং মী অতৈদা লোনরোই হায়দুন এদভোকেটন জামিন য়াবীব ঙমদ্রা ?

প্রি — অদুদি ডাক্তর সাহেবন অনাবশিংসিবু হাসপটালদৈ চেল-হনবীরেংদ হায়দুন সার্টিফিকেট পীবীব ঙমগদ্রা ? অদুগা লোনগনব লাইনান নাব য়াওরে হায়বগি সাক্ষী ওইবীগে হায়ব্রা ?

ভাই— এপ্পরে লৌরগ T. B. Patient, ওইরম্মবদি সাটিফিকেট পীব ঙন্নি। হাসপটালদগি চেনখিদনবদি এদভোকেট সাহেবন থানাগি বাবুসিদ শীন্নবীয়ু।

কৈ — ঐগিদি নোংমদৈ হেন্ন ফাব ঙমদে মরাল লৈব মীবু। মেজিষ্ট্রেটা চংলগ লাইয়েংলিডৈ মমুংদ থানান শংগদ্রা হংনকুব তায়।

প্রি — হোয়নে ডাক্তর বাবু, মখোয়সি কোর্ট হান্ন পুখংলগ কোন্ন লাইয়েংবীয়ুনে।

ভাই— ওন্থোক্ল চাওখংখিদ্রেদা সনা লৈবাকমচাশা, অনাবগি germs শিংনা কোর্টকী জজ respect তৌবীগদ্রাও? মকদ্দমা তৌনবীডৈ মাংখ্রিব মতমত্তুদ লাইনাগি মহীকশিংঙু পোত্থাও, ছুটিদ লৈয়ু হায়বা ডাংনব য়াগদ্রা ? থানাগি বাবু নং অনাবগি মহীকশিংসি ফারগ lock up তা নত্রগ জেল খানাদ থম্মুব ঙমগদ্রা ?

কৈ— মন্থুদি ঙমজরোই।

ভাই— অন্থুদি নখোয়গি কেশ অরাইবনি কোন্ন তৌনব য়াই, অনাব ফনব ঐন হান্ন য়েংউব তায়। নখোয় অহুম লাকও চংসি। ঐ Public health officer নি, ইথৌ তৌব তায়, Ladies and gentlemen.

( মখোয় মরা থর চংখি )

প্রি — দারোগা বাবু, থানাগি থবক্ত য়ৈখায়ব পীবগি under section 186 I.P.C. ডাক্তর বাবুসিন্নু ফাত্থন পুরসি।

( লোম্ন )

কৈ— মতুন ফব তারে—এদভোকেট। অমুক্ত ভাইবীখো ডাক্তর সাহেব।

ভাই— নখোয়নীস্থ লাইয়েংসি লাওনে, নশা শেংদন লৈবাক্তী থবক তৌব য়াদে—হয়েং মাইব ময়াম্ন খুৎথারব মতমত্থদ ঐবু কৌ-রবনদি নখোয়দস্থ কান্নদে, ঐস্থ শেল লৌব স্থংভাইতে।

কৈ— ঐগি ইথৌদ য়ৈথায়বৈ "সাহেবপুস্থ আইপিসি section 186 কী মতুংইন্ন ফাজব তারে।

ভাই— ডাক্তরদ অত্থক উশিংতবা ?

কৈ— Excuse me Sir, it is my duty. ( ফায় মথুংতু )

ভাই— নথৌবু ইকাইখুম্নব, you respect duty more than Death ? শিববু কীদব, নখৌবুন হেন্ন লুবা ? লাও, মেজি-স্ট্রেটকী মনাক্ত চৎসি, নং Common sense dose অমস্থং injection পীব দরকার ওই।

( চৎমীন্নখি মান চিংত্থন )

---

# তম্ভব উপ

পার্ব্বতীন কোর্ট্র চংলকই জজগি পোষাক অকোম্বত্থ মান্ন লিং লত্থন। হান্ন ফমলে ডাক্তর ভাইটামিন, এদভোকেট প্রিয়ম্বদা অমস্থং পুলিস আফিসার কৈরেন। লেপ্পীবন লৈশঙ, য়ুমজাও অমস্থং থাজ-মানবী। জজ চংলকপদ ফয়ম্বশিং হৌগৎলি। মতম অয়ুক্তী পুং ১০ তারে।

পা—( চংলকপদ ) গুদ মোনিং ! আয়, ডাক্তর ভাইটামিন, কোর্টদি করি থবক্কী ? ( ফমখি )

ভাই— জজ্রগি হকচাং কমদৌরিবগে য়েংব লাকপনি।

পা— য়ারোবীসু ঐদি অনা অয়েক লৈজদে।

ভাই— নুংভাইত্রব কেশ অম কুইন ফমহুন ভাবদ ভনবীদ্র। উইবী-নিংলকত্রা ?

পা— মহুদি মশা কল্লিব মীসু তৌইন ডাক্তর বাবু।

ভাই— মশা কল্লিব মীসু লাইনা পকপনি জজ্, মপান্দ ঐখোয়ন উদবনীনে। কুইন কন্নব, থুন চোকথদনব নিংথীন অমুক্তং লাইয়েংসি জজ ভাইটামিন থর হান্নুন।

পা— কোন্ন থন্নসি। এদভোকেট সাহেব করি কেশনো ?

প্রি— মী লেদী, ডাক্তর ভাইটামিন্ন ঐগি কেশ মুনবীরে। সুপা চেনবগি চিংবগি মথক্ক কেশ লৈরীব পাখভ লৈশাবীশিংসি অনাব ডাক্তনি মাগি পেসেন্তনী হায়হুন ডাক্তরন লপ্পীদ ফারে।

পা— চুম্ব্া হায়রিবসি ডাক্তর সাহেব !

ভাই— অরানবনি মী লেদী, সুপী চেনবগি কেশ ঐন তৌজগে মাবু লেপকন্নু হায়ব নত্তে। ঐগি অনাব অহুমসি অমন ভাইটা-মিন দিফিসিয়েন্সী, অমন T. B. suspect, অমন heart disease—মখোয় অহুমসি লাইয়েংথিগে, ফরগ কোন্ন কেশ তৌনহল্লু হায়বনি। মী লেদী, হকচাংন অরুবনি, সুপী চেনব, সুগোব, মকদবা লেপ্পব অরাইব ডাক্তনি।

পা— পুলিশ ইন্সপেক্টর, নংন কেশসিগি মরমদ করি করি থওবা ?

কৈ— মী লেদো, লম্বীদ পাথড অনীসিন মুপীমচাসি চিংহুন চেম্নম্মী, মুপীমচাসিন ঐবু কনবীয়, ঐবু কনবীয় লাওরম্মী। মহু তারত্তুন ঐন মখোয়বু ফারগ মেজিষ্ট্রেট্র পুজে। লম্বীদ ডাক্তর বাবুন —

ভাই— ডাক্তর সাহেব হায়য়ু—ঐ অচম্ব নত্তে, London Return F.R.C.S.

পা— চুম্মী, Doctor সাহেব হায়য়ু, অশিবদৈ অনাব মীবু কনবিব দারোগা বাবুনি।

কৈ— লম্বীদ ডাক্তর সাহেবন পাথড লৈশাবীশিংবু পরীক্ষা লৌবী মশা শেংব শেংদবগি।

ভাই— My duty as a public health officer লৌনগনব লাইনান নারম্ব থোক্লবদি কোট্ট চৎহনব য়াদে, মী অতৈ অমদি জজদ অনাবহু পাইশিনথিব য়াই।

কৈ— কনাগুম্ব অমবু অনাবনি নাদবনি আইনগি মমীংত উদে, অরানব থবক তৌরবদি আইনগি হিনাও শাস্তিব থানা ঐ· থোয়ন ফাজে, অচুম অরাল বিচারগিদমক মেজিষ্ট্রেট্র জজদ পুজনব। ঐগি হৌথোসি তৌজবদ Doctor সাহেবন য়ৈ-থায়বীরে। মরম অত্তন for obstruction of Public servants' law-ful duty. I hereby charge Doctor Vitamin under section 186 I.P.C.

প্রি— ( ভাইটামিন্দ খুজিন্ন শিক্লপ কৌথোকই থর ) এদভো· কেটকী দরকার লৈরবদি I am ready.

ভাই— ফীদি নশা লাইয়েংবগ কোক্রব তায়। মী .লদী, দারোগা বাবুসি crack নি, মাথা খারাপনি। ঐন লাইয়েংজবীব অনাববু ফাব মহক্সি Public servants' lawful duty দা obstruction পীবীরবদি। মহাকসি common sense doez অমনীদং injection দরকার ওই মী লেদী।

পা— ডাক্তর সাহেব, advocate কী মতেং লৌবীগে হায়রবসু য়ানি।

ভাই— Thanks your Ladyship, advocate প্রিয়ম্বদাবু ঐগিদমক লেপহনজগে।

পা— এণ, advocate প্রিয়ম্বদা go on.

প্রি— মী লেদী, অনাব অনাবী অহুমসি কৈরেন দারোগা বাবুন ডাক্তর ভাইটামিন্দ মশা লাইয়েংবীমু হায়দুন পুরকপগি লাইয়েংবীবনি। মখোয় অহুমগি লাইয়েংবৈ fee মশা মশান পীজব, অনাব পুরকপৈ ফী য়া ওদন দারোগা বাবু মহাকপু লাইয়েংবীয়ু হায়বদ ডাক্তরন য়াখিদে। মহুদ শাও-দুন ডাক্তরবু section 186 I. P. C. দা charge তৌশিনবনি। Doctor দি Policeকী থবক্ত মথুৎন থীংদে চুম্ন মচীমদ অনাবশিংবু কোর্টা পুব ফত্তে হায়জবনি। Doctor সাহেবকী মরাল লৈতে মী লেদী।

কৈ— ওইদব মীনম্বনি মী লেদী, ডাক্তরন লাইয়েংবীগে হায়বদ ঐন শেল লৈতে লাইয়েংবীমু হায়জখি। য়েংবীমু হায়খিদে।

প্রি— নয়ল লৈতবগি য়েংনিংদবনি, নশা ফবদি, লেম্ন য়েংবদি পাম মী অমনি দারোগা বাবুসু।

কৈ— ঐ ইশা ফরিব নিপানি, অনাব নত্তে, নারবদি ছুটিদ লৈ-দোবনি। ( মশাগি মতোং উংলি )

ডা— অকনবস্থ পোপ পোপ তুহুন শিব য়াওই, ছনিয়াদ লাইনা পক্কব মী লৈতে।

পা— Order please, নখোয়দি নমীং করি করি কৌই ?

লৈ— ননাই ঐ লৈশঙ কৌজ্ঞে, health minister গি মচা নিপানি।

য়ুম— ননাই ঐন য়ুমজাও কৌই, hill cutting engineer গি মচানিপানি।

থাজ— ননাই ঐন থাজমানবী কৌজ্ঞে, Imphal Supply Store গি Proprietor না পোকপীনি।

পা— অচুম্ব ভাংনি হায়না য়াশকউ।

লৈ— বীদ্যা হৈতন মাংনি অচুম্ব ভাংজনি।

য়ুম— লাইরিক হৈতন মাংনি অচুম্ব ভাংজনি।

থাজ— ইয়ুম নাইব খঙদন মাংগে অচুম্ব হায়জনি।

পা— থাজমানবী, নং মখোয়নীগ কদায়দ থেংনৈ ?

থাজ— অত্নবুরাও, ঐন Private তম্ব চৎপদ মখোয়নীন ঐবু ভাইহুন লম্বীদ লৈরম্মীবা।

লৈ— ঐখোয় walking চৎচরুবনি।

পা— কনানো মাবু মুংশিরিব hero হুদে ?

লৈ— হুঁ হুঁ। ননাই ঐনি।

য়ুম— ঐস্থ মাবু— মুংবুদি মুংশিজবজাংনি। অদুদ my dear না মাগি ওইগে হায়রবা।

পা— থাজমানবী নং, মখোয়নীবু মুংশিব্রা?

থাজ— লাইরিক তম্মীল্লরিব মরূপ ডাক্তনি করিগি মুংশিদদগে মী লেদী।

পা— মখোয়ন নঙ্গোন্দ করি হায়?

থাজ— মখোয়ন মুংশি হায়রিবা।

প.— মুংশিদমক হায়ব্রা নংবু চিংব্রা?

থাজ— কম চিংবমক্তি নত্তে, মন্ত্রীমচাসিন ঐবু মখোয়দ লৈক্করসি হায়রিবা। ঐন নহা ওইমল্লী ইকাইজৈ হায়গুন য়াদবা। অদুদৈ মখোয়নীন চিংগেদ তৌবদ মতৌ য়েংগে হায়দুন ঐবু চিংবীয়ে কনা কনানো থর কনবীমু হায়জিন্নবা। দারোগা অমন তাহোর মানে ফাম্বিব মখো করিম্ভ লৈতবদ।

পা— নংদি ফাহননিংদব জাংলা?

থাজ— মী লেদী নম্ন মশেল মুংশিনবসি আইন কায়ব থবক্লাও?

পা— নত্তে।

থাজ— মুংশিনহুন ঐখোয় মশেল চিংনব[illegible]লাক্লব ফাগী তৌনবসিবু আইনলোমদ কয়া কায়রবগে?

পা— কায়রদে। লৈশঙ, নং হুজিক থাজমামবীবু চিংখিব্রা?

লৈ— চিংজরোই, মুংশিহুন ফাগী তৌনবনি।

পা— মংদি মুমজাও?

য়ুম— করিনে। ননাই ঐখোয় অঙাওব নচ্চদে, মুংশিহ্নন লক্সহ্নন শান্নবনি।

পা— নখোয় অহুম চৎপ য়ারনি।

৩মক - Thank you madam.

( অহুমহ্ন মখুৎ শম্নরগ ইশৈ ৎভংমীহ্নন হরাউন চংখি )

কৈ— কয়াদ ৬কখ্রবনো হুজিক্কালগি নহারোলসে।

পা— নংনসু চিংফাংত্রিউেদ ফাক্সরমানেদ। ফানিংব অম য়াওন?

কৈ— কনা কনানো ঐবু খর কনবীয়ো, ঐবু খর কনবীয়ো চায়হ্নন লাওরিবনে মী লেদী।

ভাই— নংন ঐবু কোর্ট ফাহ্নন পুরকপগি ক্ষতিপূরণ পীগদ্রা। নত্রগ ঐগি অনাব অহুম মাংহনখিবগি ফীস পীগদ্রা ? অনীমক মাংবদি য়াম্মল্লি অমদি পীয়ু।

কৈ— ডাক্তর সাহেবপু কোর্ট তাম্ন পুনব Section 186 I.P.C. তাকপীরকপ এডভোকেট সাহেব, কোর্ট য়ৌরগ ওস্থোক্কন আসামীবু defend তৌবীখিব উকীলদৈ ক্ষতিপূরণ তান-বীয়ু। অহ্নগ অঙাং অনাব অহুম থাদোকখিবদি জজ সাহেবনি, ঐহোন্দ তাইনবীসু ডাক্তর সাহেব।

প্রি—I. P. C. গি Section তাকপ চুম্ন counsel পীবদি আইন কায়ব থবক নত্তে ঐভোন্দ তায়নসু নপং পংলগ। ডাক্তর সাহেব কন্নব হোৎনবদি উকীল খুদিংন তৌগদবনি মরমদি তাইবং মীবু অশিবদৈ কনবীনব হোৎনব নিপানি মহাক।

পা— ফরে, মারৌরমু ডাক্তর সাহেব, মখোং চাদব নহারোলশিংন লখীদ ডাওশিল্লবদৈ ঐখোয় ময়াম থবক শিংলে ডসিদি। ঐ হয়েং হাসপটালদ লাকচগে ঐগি blood pressure অমুক্ত লৌবীয়ু। ডসিদি কায়নবসি।

---

লোইরব।

## মমূ্ পাল্লি হয়িংখোই ফাওব

## Even the bee has its sting.

### লীলা মীকোক

—;(o): –

১। তোম্পোক কৈ ওইব
( Tiger Tompok ) — 22 yrs.

২। Do father কৈরেন I. P. — 45 yrs.

৩। Do mother হামেংম্বু — 40 yrs.

৪। কাওমচা — 21 yrs.

৫। Do father শাম্মু পুলিশ — 42 yrs.

৬। তোম্বৈ, ফুরিংখাউ কাতি — 18 yrs.

৭। মুংশিরৈ মো মচা — 20 yrs.

৮। তাখেল্লৈ লৈশাবী — 18 yrs,

————

# মমৃ পাল্লি হয়িংখোই ফাওবা।

*A radio play of 30 minutes duration.*
*Date of broad-cast : the 17th May,*
*Friday at 7.45 Pm.*

মেলা হাপদা হইশ রেকোর্দন শকপ, মীয়াম লাংব, লাওনব ওয়। গাড়ী, মাইক মখোলনা পূল্লিন নিল্লব background দা নিপা অমনা মাইক্ত লাওরি : "হেল্লো! লেদীজ এন্দ জেণ্টলমেন, মলাংগি compound মধুংদ একাগাড়া পুশিনবিনু। ফুরিংখাংওকাটি চেকশিনবিয়ু, অডাং খুংতৈ থাদোকপিনু। মেলা compound দা মা য়ৈনবিনু।"

মুংশি— প্রেম, প্রেমনাথ! কদোমদ চংখ্রে? কয়াদ মমিৎ থকখ্রবা লৌরু হিগি পাখডনো! লাকমিন্নরগ নং খডনি হায়বা! নহা পাম্বি চোপ্পোরিব্রা ঐ? প্রেম, প্রেম!

তোক —হায় তোম্বৈ! ননাঙ্গু হুদ্রিবা?

তোম্বৈ—জি সরকার, করি য়াথং?

তোক— নমিংতু করি য়েংই?

তোম্বৈ—ফুরিংখাও অচোনব খঞ্জরি।

(লোম)

তোক— মাংদ চৎলিবী অসিদ নমাংতু ফোকস তৌ। খাম্মগ রা হংউ, "রাণী ওইনিংব্র।"। পরপ পরপ চখৎনু মাংখিব য়াদে।

তোম্মৈ—মা য়াথং ইকোঙ্গ থোঞ্জরে হাই, মুপী নোই নোইলাওবী নমীৎ খুবী নংবুনিনে?

মুং— ঐবুরা তাদা? করি ওইরবনো?

তোম্মৈ—করি খুলদেনো নং? নমীংনা করি কৌই?

মুং— চৌঃয়া খুন্দোন্দেনি, ইমিংনা মুংশিরৈ কৌজে।

তোম্মৈ—নংন থিরিবহু কনাবুনো নরাইবক ফত্রিব্রা? (লাইবক অহনব অফবা য়োনব্রনে তাদ?)

মুং— ঐগ মেলা য়েংব কামিন্নরকপা পাখঙ প্রেমনাথ কৌব অম মাংখিদুনা থিজরিবা।

তোম্মৈ—মহাক্পু থিরুরনু মাংজখ্রসনু। রাজা অম পীগে, রাণী ওই-নিংদ্রা নং?

মুং— রাজা হায়ববু কনানো?

তোম্মৈ—হা হা হা হা হা হা……সহরসিগি রাজা মশক খঙদে। রাজা হায়বদি নিংথৌ; সহরসিদ মনীংতম্ব নিপা, Tiger Tompok, তোম্প্যাক কৈওইবা। মহাক্ক নংবু মাগি রাণী হাপ্পা পাম্মি।

মুং— কৈ-ওইব হায়বহুবু শারংদ শো লোন্দুন থম্মিব নম্রা? কদায় রাইদা থম্মগে, য়েংবদ শেল তিংব্রা?

তোক— শাৱ'দ থম্ব নত্তে, সহরদ মনীং তম্নব থাদোকইব কৈগুইবহৃ ঐনি, নমিৎতুনা কে-না য়েংলকউ ঐগি রাণী।

মুং— ঐদি কৈ নচ্চদে মীনি, য়েংজরোই কিজরে গুহ. প্রেমনাথ !

তোক— ভাইখো, চৎপ য়াদে। তোম্বৈ! কৈ খুজিন্দু (লোল্ল) কদায় ? ইশক তাক্কে।

তোম্বৈ—কৃপা তৌবিয়ু ইনিংথো। ননাই অপভবী, সহরগি চংনরোল আইন খণ্ডজিব্রিবানি। মীশক খণ্ড চীংয়া তময়াদ শাৎপি শিণ্ডেল মুংশিরৈ, মঙ্গোন্দা মাই হায়ব য়াদব সহরগি খোইবীনিংথৌনি। লাও, হোটেলদ চা পীথক্কে নং পাথৎপ ফনবা। মাই হায়ব য়াদে, উমদ হায়গদবনি মঙ্গোন্দদি। সহরসিগি লোনচংনি খণ্ড।

তোক্— তোম্বৈ, হোটেলদ চংউ, মন্না হংগে তোম্বৈ—মীয়ামসিদি। মমান ঐডোন্দৈ লুপা ৫০০ লোখ্রে মাগি মঙল।

মুং— ঐখোয় ইমান ঐগি ইমল লুপা ৫০০? লাইরৈবাক্ক উম্নবিরকপ্রা ?

তোক— তুম্নিন নৈয়ু। উত্রা শাংসে সাক্ষীনি।

তোম্বৈ—তাইবং মীন কিবদৈ ঈশ্বরবু মুংশিনপ্নি, খণ্ড মুংশিরৈ।

( Shrill to soft music instrumental )

কাউ— শাওদি শাওগনু ; তখেল্লে নং, সহরগি ফজ ফজরবা য়ুম কৈ, মী পোড, মমল তাঙলব পোৎচৈ ময়ামসি উক্করগ

ঐখোয়গি লৈখোম লৈনাং, রায়ুম ইমুম, সঙ্গোন ওক্নোন, লৌবুক লমহাং লৈত লাইরা, অনা অয়েক মবক্ত অমুক হন্দোব তন্দ্রা ?

তখে— করি রানো তাকাউমচা, মীগিবু ঐগি ওইব য়াব্রাও। মীগি মশক ফজব মতিক মরল লৈবা পাখও উরুরগ ঐগি নহাক কাউব য়াব্রাও ? করিমত মুংশা থীবিরুনো নুপী ঐগি পুকচেলগি রাদি। নুপী ঐখোয়দি নিপাদোন অই অইব পাম্বিবত্তাং নত্তে।

কাউ— পুকচেল অচুতগিনি তখেল্লে ঐন নংবু খ্বাইদৈ হেন্ন মুংশিজরিবা।

তখে— তা কাউমচান পাম্বিরিব পুকচেলসিদং লৌবিহৌরো, পাম্বি দব ইশকসি সহর মচাদ পীথোক্লম্মগে ?

কাউ— শক্তুন থোঙ্গান অডানব ওইনচুন চংলগ থরুংদ পুকচেল উজরিবনি। পুকচেল ডাক্ত ওইরবদি থোংড য়াওদনা ঐহাক করম্না চংথোক চংশিল তৌগদগে ?

তখে— প্রমাণ পান্নেকা ভাব তাজদে, তা কাউমচান ঐবু মুংশিবিবসি সের কয়ামুক্কী মরূমদি ওইগদগে ? পুকচেল শেংন অচুক্ক হায়বিয়ু।

কাউ— মুংশিবসি সের ফাজাদ ওনব তারবদি ঐবু দোকান্দার অমনি থনাবরো হবেম্মা। মমাংদৈগি সের ৪০ না শাব মোন্দু হৌজিক্কি কিলোগ্রাম ৩৭ লোমগ মান্নে হায়। ইবেম্মনা চেং মন অম লৈব লাকপিরবদি কিলোগ্রাম ৩৭কী মহুৎতা ৪০ হাপ্লগ ওগ্ননি।

তখে -- ঐ গ তা কাউমচানি, নিংথৌনি, ঐন মাগি রাণী। পিশক পিক্লিভৈদগি খডনজরকপা মুংশিনজরকপা। ঐখোয় লৌ-রাইদৈনি, চা থুম্লেং লাকফেং থকপ হৈনজদে, চৎচরগে। চংসি লাকও মুংশিরৈ। নংগি মাংখ্রে হায়বহ্ম থিক্করসি।

তোক -- অত্তুক শম্না রা তেনশিনবা! নমিংনা করি তখেৈন্নে হায়বা? তখেৈন্নে। (য়াক্লা।

তখে -- ঐগি মীংত্থু কন্ন কৌবীমু খুনাং চানি।

তোক -- তোম্মৈ!

তোম্মৈ -- মা য়াথং তাকপিসি।

তোক -- লেপ্লিব নিপাম্মচাগি মমিং করি হায়য়ে?

মুং -- কাউমচা কৌই।

তোক -- তোম্মৈ, কাউমচাসি সঙ্গোনসিদ হোইজিল্লকউ।

তোম্মৈ -- ভায়া কাউমচা, চা থকখিসি লাও।

কাউ -- ঐ চা থকপ হৈজদে। থকচারোই।

তোম্মৈ -- শাংমু শাওমু, রো রো রো, কাউমচা ভায়, হোটেলদ হুপনৌ তিংথৌ অহাওবদি কদায়দৈ ফংদগে? চা হৈনদ্রগ বোরা চাগেরা খেচি চাগেরা? রো রো!

কাউ -- সহর মচাগি লীচং শাজংলা ঐভোন্দা তৌবিরিবসিবু? কা পংহেন হেঞ্জিনবরকমু ঐমু সহরদ তোইনা কাজরকপা মীন।

তো -- করিগি তোয়না লাকইবদি: ফুরিং শেগাইনব্রা?

কাউ -- ঐখোয় বাজিত্থু দারোগা পল্লিবজাংনি মী খর খর য়েংনসি।

তোম্বৈ—মহুদি হঙোইরেদা ঐগি কারবারসিগ; মমিংদি করি কৌই ভায়া কাউমচা ?

কাউ— শামু কৌহ।

তোম্বৈ—শামুগি মচা কাউমচা। ভায়, সহরসিদ মনীং তম্নব কৈ ওইব হায়ব কাউজাউ অম থাদোকই মহুনি সিদ লেংশিন্নিবসি। অদোম কাউমচা ওইবিরবদি রাইনবিরুনু তেক্রুন তোক্কনি। দারোগা মচান খোংবদ তাবিপোৎ নত্তে।

কাউ— চৎসি লাও তখেম্বৈ: লৈহৌখিদ্রা মুংশিরৈ নংদি ?

তখে— চৎসি মুংশিরৈ, থেংখিনি য়ুম লাপ্পি।

তোক — হায় কাউমচা, সনাওমচা! নং ব্রবু উশিত্রা ? নং তোম্পোক কৈ ওইব মশক খঙদ্রা ? (ঙাই) হুম মম ...……।

কাউ— করিগি খঙদোরিব ওইরবনো ? লাইরিক তমজদ্রে।

তোক— নংগ লাকমিন্নর তখেম্বৈ হায়বীসি ঐঙোন্দ থনম্বো রাণী হাপ্পীরগে। অতোপ্প মুপী মচাসিগ ওন্নরসি নত্রগ মেলা অসিদ কারকপী অপাম্ব অম থল্লু ওন্নসি।

কাউ— করিনো তাকপিরিব রাহুবো ? সহরগি লোক্কংসিবু মহু য়ানরব্রাও ? পংওন্দ ওন্নবা ?

তখে— সহর মশেল য়ানজরবম্ভু য়ানীংদব ঐখোয় চৎলসি।

তোক— চৎপ য়াদে। ঐঙোন্দ লম হেনব শায়।

(শেৎ শেৎ ফুই কাউমচাদ, "করিনো করিনো" ইরাং লাংনৈ ময়াম রা রা লাওনৈ।

"তৌনম্মু, তৌনম্মু, ফজদে"।) (খাম্বনা ইরাং লাংই )

তোক— হন্দোকউ নখো নৈতে, পারা ফাদব ছাত্র ব্রারক্কে।

( চুপ চুপ ফুনৈ )

ময়াম্ম খাম্মে, লাওনৈ —"পুলিশ, পুলিশ !"

( Harsh or Shrill music ending abruptly )

শামু— হেল্লো, স্বর্ণপুর Police station ; Sir, ঐ মেলা ডাকপা য়াওব পুলিশ শামুনি। গুন্দা অমনা লৌব্রাইদে কারকপা পাখঙ মচা অম থীন ফুবিরে। ফাব ঙমদোব অখোব খরদং থাবিরকউ। Sir, Sir,— —মতৈ নত্তে, ইদুংডো তাইগর তোম্পোকনে। Sir, ফগনি।

( Soft musical note ending abruptly to a harsh crashing note )

তথে — মেলা য়েংব্রা হায়বর খোইদোদ মৈফু থাগংলগ হল্লেদনা।

মুং— হিংচাবতুগি মখুংতুবু য়েংন শাব্রনে, খিংতা শোকপদ ঈন ব্রা হেক্ক ইন্নরকপতুবো ?

তথে— স্বর্ণপুর নত্তে জঙ্গলপুরনি, ফন মশা ফব পাখঙ য়াওই, মচীন নত্তনা মখুং য়াওনা অমত্তু থাম্নদবসিবু অঙকপা নত্রাও ? ইতু শোনব ঐখোয়দি জঙ্গলপুরদ কারকপ চুমদে। মী য়ৈনববু মেলাগি কুম্মৈ ওইন য়েংনৈ ইম্বোক্ক ফংখিদ্রেদা !

মুং— থানাদ ফাহুন পুখ্রে, মহাক ফাদোক কুইন তারদোবনি। থীন ফুবিরদোবনি।

তখে— কনান ফাদোক তাকপবনো, থানান ব্লাথোক হেঙ্গৎনব কাউথারিব কৈওইবনিবু হায়। মশক্ক হিংচাব মাল্লিব ঐবু মহারাণী ওইব্ধ কা হায়রম্বুনা। খডগ্রে, মেলাগি কুম্মৈ ওইনব থম্মিব্রা!

মুং— ব্লাথোক হেঙ্গৎনব কাউথাব হায়বদে?

তখে— ব্লাথোক্লবগ শেল খোকই, শেল থোক্লগ ডাম্ব মশক উই-দনা। মুপীন করি উপায় তৌনি।

( A note or two from a gwitar intervenes )

কৈরেন—মকোক কায়নরে হায়বম্বু কনা ক-ানো পুশিল্লকউ শামু। মেলা মনুংদ অম্বুক থীন খৎনবদ খাম্ব ডমগ্রিববু শামু নথোয়, পুলিশ খনব তোক্লো লৌ উরো। মেলাগি মী-য়ামম্বুদি কুম্মৈ ওইন য়েংম্বুন লৈনব্রাও? মমুম মমুমদ মথুং থনম্মগ লাকপ ডাক্লা?

শা— নজা ইংংডো তোম্পোকপু স্বর্ণপুর মচাশিংন মশক মুম্ব খডনৈ, কৈওইবনি হায়ব উবদ কিবন থক থক নিক্লে, মনাক চংনদে। খুৎলাইম্বু ফর ফরব পাযদা। ননাই ঐথোয়না পায়জরিবা টৈ মচাসি সন্নাও মগা তানবদ কান্নব্রা? কৈ থেংনরবদি য়াপোৎ নত্তে।

কৈ— অনৌম্বু কৌশিল্লকউ।

শা— নথোয়নী চংলকও, ইন্সপেক্টর সাহেবকী মনাক্ত।

কৈ— পাখভ নমীং করি কৌই? কয়া থীন শোক্লে?

কাউ— ইমীং কাউমচা কৌজৈ, কোক থর কায়র মানে মেলাদ ফম্ব

ডাক্তর বাবুশিংনা হিদাক লাংথক তৌবিরক্লন খরদি ফজরে।

কৈ— করি লমদৈনো ইবুংডো নং ? করি রাহৌদগি খংহৈন ?

কাউ— ঐ চাংয়া খুন্দোন মতাইদগি মেলা য়েংব কাজরকপনি নুপী মচা অমনীগা। তাদ অসিন ঐগ লাকমাননজব নুপীমচাশিংদ লাক্রে, থোইন শাওজদে সহরগি চৎনবারা খঙ্গজুন, ননাই ঐখোয় চৎলগে তৌজবদ করিগি উশিংতে হায়ত্বুন চানন ত দসিন ইকোক্তা কিনলা করিনো অমন খিংতং থানবদ ঈন ইডাং হেক্ত ডাংই। ঐদি খুং হঙ্গদে... .. ...।

কৈ— তেম্প্যাক নংন করিগিনো মীগি মচাদ কিন্ন খিল্লুবদি ? নংবু ডাহেব্রাও ?

তোক— হায়ব ইন্দে, লম হেল্লি। ভাব তানব হায়তুন নুপীমচাশিং-দুগি মমাংদ ঐন ব্লারকপিবনি।

কৈ— মীগি মকোক্তু কায়নব নংন বিন্না শুরুরিববু ব্লারকপ্রাও ? ব্লারকপবু কোক কায়নব ঈ তানব কিন্না শুব হৌনব্রাও ? নং করি ওইরি ?'

তোক— কন্ন শুব নত্তে, ফাগী তৌবনি, মকোক্ত কায়গনব, ঈন থন্ন লৈরম্বন ও'বস্থ য়াই।

কৈ— শামু নং নিপা পাথওসি মশক খডব্রা ?

শামু— ননাই ঐন পোকচব ইচা অমও ডাইজৈ হায়বত্ মসিনি।

কৈ— অতুদি ফরেদা ইংংডো। ঐ য়ুমদ পুল্লগ ফুরুগে ঐগি নিপাসি। নং শাওস্তু, নচাগ ইচাগ শক খডনদবদৈ খোকখি-বনি। নখোয়নী চান্নরো, চৎলু লুপা ২সি পুরগ হোটেলদ

চাখকমিন্নরু, মতুংদ মরূপ ওইয়ু। ওয়োকপ তিংচাব অম পোক্লুন নীঙ্গ কয়া তারবনো। সে লুপা ২সি পুরো।

তোক— শাওম্নু মরূপ খঙনদবননি। লুপা ২সি নং পাইবো, চা থকউসি। লাকও চংসি।

কাউ— ঐদি চাবু থকচদে। (চংখি ২মু)

কৈ— মতুংসিদদি মরূপ ওইরোকো নখোয়নী।

( off the mike )

শামু— ঐ থবক তাকচরগে হুজুর।

কৈ— করিগিনো কৈদৌরে?

শামু— পুক্নীং ইংন লৌখোইবনা মুংঙাইব তায়রে।

কৈ— শেল য়াম্ন তানগে হায়রবদি রিকশো খোবম্নু কান্নরবনি হায়। শেলদি চাব ফংলোইদো।

শামু— শেলদি লাইরবুন মতুদি চৈবু চাগল্লি হুজুর।

কৈ— নবু চুসি নথরাই মুংঙাইত্রবা?

শামু— মতুগি নচ্চদে, মকোক খিংতং কাংবগ মরূপ অফব ফংজবদি মরাইবক ফবনি।

( A note or two from Guitar or Sitar )

তোক— চুরুটসি থকলসে, শাওম্নে ভায়। ঐগ মরূপ ওইবগি কান্নবদি (মৈমেৎ মখোল তায়) স্বর্ণপুরদা নংবু কনামতনা উশিংতব মাররোই, নংন অপাম্ন নুপীমচা মশক খল্লু, ঐন পীনি। কেশকি জাংনা পাবু নৈরি, করিমত চিংনম্নু নংগ লাকমিন্নবতু কবি মমিং হায়রে?

কাউ — তখেল্লৈ কৌই।

তোক — মাদদি ঐভোন্দ পীদব য়াদ্রে। স্বর্ণপুরগি লৈশাবী পুন্ন নংগি ওইজরো। নখোয়গি খুল কদায়দনো, ঐ হংচিং লাকে।

কাউ — চীংয়া খুন্দোন মতাইদনি। ঐ মুপীমচাহুগি মরা অমুক হংজরমখিগে।

তোক — অতুদি হংচিং উন্নসি ঐ লাকে, শোয়ব য়াদে।

Sound of
Musical instrument imitating storm and thunder.

কৈ — হায় হামেংন্ন! তারিব্রা নংবো? হামেংন্ন। (শাওনা)

হা — অয়ো অয়ো ইবুংঙো। করি তাকপিদোব ইন্সপেক্টর সাহেব?

কৈ — নখোন নৌথহুন কান্নরোই, কৈ ওইবগি মমা, হামেংন্ন!

হা — দাই হল্লেদা সত্য মাই পাবুং। ফাল্লক্রব্রাও।

কৈ — চরোনহায়, নচা নিপা গুন্দাহু লাক্রব্রা?

হা — চাক চারগ তূমখ্রে। মেলাদ মী ফুনক্কই হায়ব তাহুন ঐনা ভাংডুবদগি শাওহুনা চাক চাউ য়াদ্রে, লুপা ১০ পীরগদি চাক চারগ তূমখ্রে।

কৈ — হৌদোরকউ ফুগে, কৈদোন চাক পীজরুরি মী ফুনব কন্নব? নংন মাংহনব নচা নব্রা? নচা নিপা ডাকুসিগি হাক্তক্ত ঐ থবক তৌব য়ারোইদোরি খণ্ড। হৌদোরকউ ব্রা হংগে, নোংমগি মী ১ মকোক থুগাই, মী অমদ থাংন থিল্লম—স্বর্ণপুরসি থাংব ভমদ্রে — নং খণ্ড্রাও।

হা— মাগি পাবুং লৈবগি খর ডাওজব হায়বত্তুনি, ফনবু ফরক্লে মহৌশাগ মান্নদ্রে।

কৈ — নংন ওকহন্দগনি, নঙ্গোন্দ ফুব তায়। নচা লায়রি নংন হান্ন ফুব তায়। ( শেং শেং ফুই )

হা— অয়ো ইমা, হাংলে হাংলে।

তোক - পাবুং করিনে: ইমাদ অত্থক থীনা ফুবদে ? মুপীদ য়ৈরিব করিগিনো ?

কৈ— নঙ্গোন্দ য়ৈউরাও ? নোংমৈনা কাপ্পুরাও ?

তোক—ভমস্থ ভম্মোইদবদ পাবুং করি কান্নবগে ?

কৈ— নচীন থীগু বদমাইস ! নং হয়েং নোং হেক ডানবদ জেলদ পীগে খডনি।

হা— নচা অমত্ত পোকপসিবু য়ুমদৈ জেলদ পীরগ ফম কাখৎপিদোব লৈত্রাও ? অতৈ অতৈ ফাব অমত্ত কংবিদ্রবাও ?

কৈ— নখোয়নী ঐগি য়ুমসিদ লৈরন্নু, চৎপিখ্রো নখোয়ন থোকপা ঐ খাংব ভমদ্রে। কদায়দনো লোৎখ্রো, চৎপিখ্রো। ( হৌন )

তোক— পাবুংন পোকপনি ঐ, পাবুংন শেম্বিবনি ঐ, কদায়দা চৎলুদগে ঐবো ? হা হা হা হা হা।

( Shrill musical voice fades in )

কাউ— নিপা মচা অম ওইন হিংবগি কান্নদ্রে বাজি, ঐ শিবন ফরে। খন্নাইসি চাক্লে...— — —।

শামু— করিগি লেম-না শিরুদগে ইচাসিদে। ইপাস্থ ভসিদৈ থবক তোক্লে হায়ত্তুন চে থারম্মে। হয়েংদগি রিকশো থোকরনি স্বর্ণপুরদ কারগ। লৌউ পাম্বা ওইরগ লৌ উগনি সিদা।

কাউ— খবক তৌরুবিবদি করিগি ?

শামু— লম্মন খুম্ব নুংছাইনব মপা মচাগি মথক্তা ইপা ইচানা। থক্লাই পানব মংগ্নি (চাক) য়েংসি কনান কনাবু কয়া কুইন লাকচবগে !

কাউ— পাইম্বদি লাইরব ঐংখোয়গি ?

শামু— হিঙ্গোল তওখাই অম য়েক্লগা মংখোনা লৈব নহামচা, অচুম্বগি মীচং ওইনিঙব থর লৈব তারে। মীয়ামগি য়েক্রব কৈদি ফংদবন ফাবিদ্রবস্থু ঙঙ্গশি লাং থাকলগফাব তায়, কৈকন চনব তয়।

কাউ— মতুমক তৌবসি বাজি, তোম্পোক, কৈওইব হায়বতু কৈবন চন্দুন ফাব তায় — নৈ শচকা তৌরে বাজি, ঈশ্বরন সাক্ষা।

শামু— ননাং থুংউ, অচম্ব মতু ইপান পীনি. মপাগ ইপাগ লাম্বা ওইনি। মাইথীনব পোক্ত মীদি ইশান মায়থীব য়াদ্রবদি

কাউ— মাই পাকপ মশান তাবনি। মীগ মীগ করিগি অতুক থন্নরদগে ? লাইরবগি, মীচং লৈজদগি, মীবু মীন লাকচব কৈদোইদ হায়রেই। মীদি তুই নত্তে হাদোং নত্তে।

শামু— চুসিদি ইপা ইচা করিমতা চারন্নুসি, রাশকপ অসি নিংশিং-নব ওইন। হয়ে অয়ুক্তুগি পবক পায়ব তারে। ঐন হিঙ্গোল তঙ্খাই অম হয়েংমক শেল থিগনব মীদ পীখ্রনি। নংন ননান্নব মথোব থর খোম্মো, মরূপ অশেংব ডাক্তু।

কাউ— ফনি, পামদি পা নুখ্রেলা, নুংশিখ্রেদ হিঙ্গোলসে। (কপ্পি)

শামু— (কপ্প ২) চুম্মী, কুইরব হিঙ্গোলনি নবুবোশিংগি হাক্তগি লৈরক্লব ; অতুবু নিপা অনমম ওইবগি মীংচেন হিঙ্গোলদৈ

মমল হল্লি। ভূমগে ভূম্মব অচুম্ব লাৎপু মীৎকপ থোকহল্লব লাকে তায়, লাওব তায়।

(Sweet music ending with chirping of the birds in the early morning like Cocks, Sparrows & Crows... ...... ।

তখে— তা কাউমচা! তারবা তা কাউমচা। হৃজিক ফাওব য়াহৌ-দ্রিবসিদু কৈদৌরবগে? (থোডদ কাক কাক) ঙুমিৎ য়াম্ন থেংনে, হৌগৎলো ব্রা খর হংগে।

কাউ— (খোং হাংলগ) কবিগিনো অয়ুক স্নুক চম্ন?

তখে— কোক কয়া থীন শোকে? শুরং করম করম তৌরকই পানাদ? মবু থীন ফুহৌদ্রা—ফাদোক ওহৌরব্র মীগাৎ-পদো?

কাউ— থোইন থীন শোকপ নত্তেদা কোকপুদি। তোম্প্যাক মপান পুলিশ ইন্সপেকরনি হায়দুন ব্রা খর হংই চান্নো মতুংদ খংনবন্তু চ থকমান্নক হায়তুন লুপা ২ পাবগ ইমানীবু থা-দোরক্লে। কোক কায়বগি লুপা ২! শেন্দান লম্বী!

তখে— লুপা ২না লোইরবা? স্বর্ণপুরগি থ'না!

কাউ— ঐখোয়দি লোইদে, হবন্নাই ওইন লম্মন খুম্ব তাবে, হিঙ্গোল ওআয় ২ য়োল্লগ মরূপ মথোনা লৈব খর নেকপ তারে—অতুগ।

তখে— স্বর্ণপুরগি ব্রারকপ হমদ্রব নিপানি হায়, মঙ্গোন্দ লম্মন খুম্বদ ঐ য়াওদে। হুরাং অহিং ঐ তূমদে মী কয়াম্নু ভূম্মরোই

রাথলদ ইরুপ্তুন। মাবু চৌংয়াখুন মতাইসিদ পুরকপা ডমগদ্রা ?·

কাউ— ঐগি মরুপ্তু হংচিং লাকনি, নংবু শেম্মীয়ু হায়রি মহাক্ল— পামথ্রমানে শকহেনবী।

তথে— অচুদি য়াম্ন ফরে। হংচিং মাগ উন্নরগ শেম্বিহৈব তাদনা মশেম নোংমাইজিং মুমিৎতা মুংশিরৈখোয় মথা থংবদ তৃনাথ পুরুম্ব লাকউ হায়খ্রো মথন্দ।

কাউ— য়াওমচা নহাক্ল কৈদৌদোরিব কৈ ওইবদবো ?।

তথে কৈ ফাবদি য়াওমচা উংলগ লাংদ থুহনগদবনি। নমান্নব মশা ফব খরদি খোম্মু, ঐ তৌগে—অরেম্বদ কপকমু।

কাউ— ডরাং অহিংদি শিবু শিরসিরা খল্লুরবনি।

তথে— তানিংদে, নিপান অতুক পাংদব হৌনদে। নরিলদ পাল্লু, ঐ লম্মন শিংবিগে। রাফম্মসি মুংশিরৈগ তান্নরুসী লাও।

( Soft music fades out by Rick shaw horn)

তোক—হায় রিকশো। ডাইখো, চুমথ্রিং হেক্ক থোরো চাংয়া তান্ন, মতাই খুন্দা। থীম্মে।

মীয়াম—থাংন থীল্লম্মে ; ফাও-ও, ফাও-ও, পুলিশ, পুলিশ, পুলিশ। অমুক্ত ফাবীয়ো। ডাইখো রিকশো।

তোক—চখোকউ, নথরাই মাংনিংব্রা ? ঐবু শক খডদ্রা ? ঐবু খডডু, নথরাই নথরাইহুবু মুংশিরবদি—ঐ টাইগর তোম্পোক্সি—পুলিশ ইন্সপেক্টরগি মচা। চৎলু রিকশো।

( রিকশোগি মখোল পিং পিং খোডখি )

( guitar না তিঙ তিঙ বাপ্পগি মখোল )

কাউ— কনানো ঐবু কৌবিব্রা ? ঐবু ওইরব্রাও ?

( off t e mike )

তোক—মানি লাওনহায় মরূপ, নংবু কাউমচা নত্রাও ?

( off the mike )

কাউ— করি ওইরবনো ?

তোক—হায়, নং কাউরব্রাও ? ঐন নঙ্গোন্দ তথেল্লে লৌব লাক্কে হায়খিবহু ঙসি নত্রাও ?

কাউ — মানি চুম্মা ঙসিনি। নহাক ঙসিদি লৃহোংব অম চৎখি অরাপ্প খুল অমদা। হয়েং নোংমাইজিং মুমিৎকি নুংদাং পুং ৯ তাবদ ইথন্দ লাকপিব ঙমগত্রা ?

তোক—Tiger Tompok না করি ঙম্মোই, হা হা হা হা হা হা ……… ! হয়েং পুং ৯ দা চেনবা।

কাউ— মখোয়গি খুল্লদা তুনাথ খুরুমদোরি, মৈখু থক্কনি, মহী থক্কনি, অথুম অহাঙ ফলানচিংব চাগনি, ইশৈ তানি। খর থেংথ-রকপ পুং ১১ কা তাবহুদ চেনব য়ানি।

তোক—মশান য়ারব নত্রাও ?

কাউ-- মহাক মশান শিঙ্গরকপ থোরাংনি।

তোক— হা হা হা হা হা হ ! নং অশেংব মরূপ্নি কাউমচা ভায়া। নংগিগু ঐন স্বর্ণপুরদগি থ্বাইদৈ ফজবী অম থল্লগ পীনি।

কাউ— শোইবদি য়াদে রাজা সাহেব।

তোক—শোইব মী নত্তে, Tiger Tompok তি। হা হা হা হা ……… — !

( Soft music fades in )

মুং— কীদি কীখ্রেদা তখেল্লে, শক্তাঙুগ য়ারী শাহুন তাং তৌহুন মতম খর লেন্দোবসে।

তখে— স্বর্ণপুবগি চেদ য়েকপ কৈবু করিমত কীনিংঙাই লৈতে মুংশিরৈ, থাং য়েপ্লগ তা কাউমচা ঐখোয়গি নাক্ত পীজ পীথক তৌব য়াওনি। লম থিংতং মান হেনবদ নিপা ১০ মুক্ত উতুপ পায়হুন য়েম্নথাদৈ পাইশিল্লকনি।

মুং— তৌববুদি মহাক য়োংন শাব মীদি নত্তেদনা, মবুক তপ্লব তা কাউমচা ফাওব থাং মচা অম মখ্যাংদ লোয়্ন য়েপ্লে কৈশাল ওয়ে।

তখে— য়েংউ, ঐস্নু ছুরি অম থাদ্রবনি। তাং তৌহুন কেশিন্নহুন, চাদ গঞ্জা মচং, কানীমু থর শঙ্গোম চিনি হাওন য়াল্সিল্লগ পীথক্কদবনি মান ঙাওদ্রিব ফাওব, অহুদনি ইমানীগি ইথো, মখাদি নিপা ১০না থোকপ তৌখ্রনি।

মুং— মাবু মথন্দা লাকদ্রাও ?

তখে – মথন্দা লাক্কব হায়খি।

মুং – মহু পীথক্কগ তুদনবু সৈরবদি ঐখোয় অহুম্ন অহুম ঙম্মনিদা।

Guitar না তিঙ তিঙ কাম্নগি মশোল )

তোক —কাম্নরোই ইমা ১০০ শুনব পীয়ু, ঙসিদি লুপা ১০০ দৈ তাব য়াপোৎ নত্তে।

হা— কৈদোরুদোরিবনো মরোলন্ত হায়রুদনা নিপামচা ?

তোক —হায়হুন কাম্নদে ইমা, ১০০ শুনব পীয়ু, মুপী চেল্লুদোরিবনি।

ফজব জাংনি, নংন হায়রুবশিংদগি য়াম্না হেন্না ফজব জাংনি।

হা— নোংমাইজিংদবু মুপী চেনরাও? হয়েং পীগে, ঙসি তোকউ। মঙ্গমু মুংঙাইতে কয়া।

তোক—য়ানব মুমিংনা খ্বায়দৈ ফব মুমিংনি ইমা। শোইব য়াপোং নত্তে, কদায় ১০০ শুইল্লু।

হা— মীদি খংনরুন্নুকো? শে শে।

তোক - খংনবৈ রা নত্তে, চান্নবগি রানি।

( বৈথা শকপ তায় musical instruments কি গট অম শকই লাপ্লপনা )

কাউ— ইমাই ঙাকউ, মতাই খুনগি মুপীমচাশা! চানব থরুব অথুম অহাও ফজন লাংউ, খোন্দা ফজ্জোকো সহর মচানি, মীচম নত্তে মনীংতম্ব রাজা—Tiger Tompok নি।

তোক—মতাই খুনগি শিরোই লিলী হায়রা—ইঙেন লৈ হায়রা? ঐবু ঙসি কাউগল্লিদা! মশক্কা ফজরিবদি পীজ পীথক্ক চংখোল্লিবা!

মুং— তেঙ্গেং অচৌবসি মত্তংগ ফানবীখো ও সহরগি নপা লৈতবা অথৌব।

তোক—নখোয়গিসি হাওদি হাওই হায়ববু কোক্তি খর ঙাওইনহায়। করি হাপ্লগে?

মুং— গঙ্গা মনা খর ভূনাথ খুরুম্বগি য়াওখিরা? অত্থক পাংদ্রিব করিগিনো? ফানখোসে—ঐখোয়বু মুংশিবিরবদি।

তোক – ফন য়াম্মে নহায় ঐন থকইব। নখোয় মুন্নাইগি চংনবিরা ?
তূনাথ খুরুম্বদ করি করি থকপ তাম্নত্রা ?

( মখোল খর ফায়রে )

কাউ— ঐখোয় লৌব্রাইসিদদি য়াম্না চংনৈ ঐ থক্লগে মুংশিরৈ কদায়। সহর মচান মাইথীরে।

মুং— ঙম্মেই কৈস্ন, সহর মচাদ পীথকচনি।

তোক—কদ য় অতুক পীথক্লিংলবদি। ( গুং গুং থকপগি মখোল তায় ) হাওবদি হাওই, নখোয় ময়াম্ন ঐবু কোইশিল্লগ উরু উরু লৈরিবদি করিগিনো ? হায়, য়ুম্বীতু ফাও, ফক্তু কম্না নম্মু, পাইতুনা চংখিদোরে। হায় কৈনো ?

তখে— ঐন শেম্বসিদি শঙ্গোম চিনি ফজন হাপ্পনি মসিদগ ফানখো রাজ্য কৈওইবা।

তোক—ঐ ফম্ব ঙমদ্রে, কোকসি মিশি মতুম ওম্লমানে। তখেলৈ অনৌবী, ইবুংগি কোকসি ঙাওরে। ঐ হয়েং থক্কে কো য়ারেদনা।

তখে – কোক ঙাওরিবত্তু ফনব তেঙ্গোৎ সিমত্তংগা ফানখোও অখৌবা, নপা লৈতন ফনবা ইনিংথো। ঐবু মুংশিবিরবদি মসিদং থকপিখে, অতুগ মুংঙাইন পোথাবীয়ু। অতুক খোবন তেঙ্গোৎ অমত্তবু।

কাউ— থকপ কিরমানে পীথক্লমু ঐতুম থক্কে তখেলৈ, নখুং অনৌবতুন শেম্বত্তু হাওদোব খাল্লি। ঐঙোন্দ পীয়ু কদায় ?

তোক—মঙ্গোন্দ পী—থক—মু। ক-দায় মুংশিবী - শীরবমু শীসমু নখুংন পায়য়ু ঐ থক্কে।

তথে— মহুনিদনা স্বর্ণপুরগি টাঙ্গব তোম্পোক। থকউ, লোইন-মক থকউ, ডাওব ফনি।

তোক খিংতং থাজংলু শকাহনবী ( গুং গুং থকই, বোম তুথৈ লৈবাক্ত )

কাউ-- কৈ চল্লসে, ফুরো, ফুবো। ( তুপ দাপ ময়াম চংহুন ফুই চৈ-রাংন )

তোক—ঐ শীবে,— থরাই-দদি কল্লো,—থরাইদি কল্লো!
(শোম্ন কৌই) ( তুপ তুপ ফুথৈ ময়াম্ন )

কাউ— এক্কে, মথরাইমক্তি থাকসি, বোরাদ হাপ্লগ থোরীনা লৌ-বুকতা হৌব উপালগি উশা অমদ য়ান্দূন থম্মুসি।

তথে — বোরাসিদ লৈরে, মুংশিরৈ নখোয়গি থোরী অকনবহু খব লৈক্ত।

( Shrill music ending in softer tone )

কৈরেন – ইন্সপেক্টর কৈরেন্না রাশকুন হায়রি শামু, ঐ করিমত তৌরোই, ইচাগি মথরাইদদি কল্লু। ঐগি রিভোলবরসি নং পায়য়ু। রাংলব উশাসদৈ থাদরবদি ঐগি ইচাসি হিংদব তারে।

শামু— করিম্মু লৈতব পুলিশ থবক তোক্লব অমদ অতুক চাউব ইন্স-পেক্টরন হায়জব হৌনদে।

কৈ— চুম্মদ হায়জব নত্তে, নখোও পায়প্পবনি শামু, অমত্ত ডাইজব ইচাসিগি মথরাইদদি কনবীয়ু। স্বর্ণপুরদ আইন তূম্মরোই মতুংসিদৈ।

শামু— ( off the mike ) ঙাইখো, পাখঙশা ! থোরীত্থু থাদখিন্নু মথল্লাইত্থু খাকপীরসি। চাউরব পুলিশ ইন্সপেক্টরন মচাগি থল্লাই ঐঙোন্দগি নীজরে, মচা শোকপদৈ ভাব তারে। থোরীত্থু উদ কন্ন পুল্লগ— ন:খায় চৎলো। হা হা হা হা হা হা — —·· ···মমৃ পাল্লি হয়িংখোই ফাওবা।

---

লোইরব।

## লাইরৈপাক য়েংলুরগ হল্লকপ

## লীলা মীকোক

—:(o):—

| | | |
|---|---|---|
| ১। বিদ্ধ্যাসিংহ, a philosopher | — | 41 yrs. |
| ২। কাবেরী দেবী a retorting wife | — | 35 yrs. |
| ৩। কুমারিকা দেবী a daughter | — | 11 yrs. |
| ৪। থোঙডাক লাই a guide to Heaven. | | |
| ৫। বৈতরণী a river Goddess. | | |
| ৬। পিশুমসিং an old relative | — | 50 yrs. |

# লাইরৈপাক য়েংলুরগ হল্লকপ

*A Radio Play for 30 m. broadcast on the 1st December 1967.*

বি— হায় তা পিশুম, চুরুট উপু অমত্ত্ব লৈরুগো।

পি— অহাওব্রা হাওতব্রা ইবুংঙো ?

বি — ঐম চুরুট অহাওব থকপদ পৃথিবীন মুমিংকী অকোয়বদ উংহুন কোইরিবসি লেপকদব লৈতে, অহাওব লৈরকউ থক্তে।

পি— ঙসিদি মতা অম ওইরে।

বি— করিনো নংন ভাংইব রাত্থবো, ঙরাংগ ঙসিগ মান্নব য়াব্রা ? নোং হাংখ্রে, শরৎ ঋতু চংলকই, শরৎ লোইখ্রে নিংথমথা চংলক্রবসিনি। নংসু ঐঙোন্দ লক্লরিব তাইবংপানসিগি পার্টিদ য়াওরব্রা ?

পি - য়াওজদে, ঐদি ইবুংঙোগি মীচংনি।

বি— অতুদি লৈরুরো থরুগে, থীল্লে। নংন চংকদব থবক অমসু রাংদি।

(পিশুম চংখি, Record steps, bicycle গি Bell খিংব তায় লগীদ)

বি— চিংগুবম তক্ষাখোয়দ হৌরিব চীংগু পাম্বীসি নিংথমথা য়ৌ-রহুন মনা লোইন কেনখিব্রা নত্রগ ঐবু লরুরিব্রা ? ( চীংগু উদ ) ঐস্থু নংদৌন ষ্টরল মাংখ্রে, মীংচৎ মাংখ্রে হায়, ইম্মানি অক্ষানি। হা হা হা হা·········নংগি ননা কেনবৈ মরম্মা ব্লাকচীংগি উন, ঐগি হুমীং মাংবৈ মরম্মা ইনাক পরপ পরপ খুম্নিংহুন লাইবক য়েংউব। উনা বানা, তারকপৈ মরমদি শরৎকী থাবলবু, কল্লকপ, ঐন লাইবক য়েংউবৈ মরম্মা ঐখোয় মুপীন মমান্নবীগি দলাল, কার, সনা কল্লকউব। ভায়া চীংগু পাম্বী ! নংবু ঐখোয় মুপী কাবেরী মশক খণ্ড-ব্রাও, দার্শনিক বিষ্ক্যাসিংন মন্ত্রীগি লাইবক য়েংউবদ ইলেক্সন্দ উপ্রাক্ত শিংন তুরুরগ কবোদৈ রেক চেন্দুন পুরকপ শেন্দোংন মঙকশমহু সনান পুমভাং ভাংহনগে তৌবী মুপীহু খণ্ডব্রাও ? খণ্ডবু খণ্ডব্রবদি ফৈ, মঙ্গোন্দ ঐ শেল মাংলে দশা তারে হায়হুন তাকউম্মু হায়গে তৌবনি।

পি — ( চেল্লরুগ ) ইবুংঙো অমুক্ত ভাষ্টবীখো, চুরুটসি লৈরকপা পাউ অম তাজরকই, চুম্ম। চুমদব্রদি খণ্ডজদে !

বি— করি পাউনোনে, নংস্থ খবর পাবকা তারব্রা ?

পি— খবরগি নত্তে, লম্বাইগি পাউনি। ভসি মোরেরোমদ চেল্লকপ রেক্কী মাল পুব গাড়ী অচৌব অনীথক এক্সাইজ পুলিশন ফাখ্রে হায়নহৌই।

বি— অহুদি মহুগি পাউদো ঐভোন্দ তমদৌ শরুক লিক্রি অনীথক্ত লৌরু সিভিলিয়ান ষ্টোরদৈ। বা অমগ, মহুগি পাউহ নংন তাহল্লোইদব মীশক অমদি ঐখোয় মুপী কাবেরী।

পি— ঐ তমজরোই ইবুংঙো, লিক্লী অনীগি শেলদি ?

বি— সে, সি পুরো। পরপ পরপ চেল্লক্কদবনি। ঐখোয়গি কোম্বোংসি কনান হাংদোক্লগ যণ চংহল্লম্মীবনো ? হৈ নহায়, কনা কনাগি যগ্নোনে মীগি হিঙ্গোন্দ শঙ্গাবুংদোন হরাউন চাবীরেদা। ঐন ওঝা ওইব তোক্লগ রাজনীতিগি লৌবুক্ত চংবদদি মীয়ামগি ভোট ফংব্রা হায়বব্ রাশা চায়, রাজনীতিদৈ ব্রহ্মারোমদ চংতুন ল্লেক শাগ্নহনবদম্ শেন্দোং ফংব্রা হায়বব্ পুলিশকী লাঠি চারে হায়ন তারি। যণ নখোয়ন ঐগি হিঙ্গোলদ চংবদি ঐবু য়েম্নুরাও ? হৈ নহায়, হৈনে ...... ......

( শেৎ শেৎ কনব তায় চৈন )

মুংঙাইব্রা ? কৈদৌন চেল্লি ? হায়, য়ুমসি কনামত লৈতমানেনে। য়ুমশংবী, কাবেরী। লৈকাইদ ল্লারী শাব চৎলমগনি, য়ুমথোঙ মশীং শুদহুন হল্লকত্রিব্রা ? চুম মুংঙাইনব শাক্লব ল্লারী ওইরম্মবদি কৈ, মী নোক্লব মীগি লৈত লাইরদ করেম্লব ওইরম্মবদি চুক্কংজনিকো। কাবেরী, ঐদি হায়বীদে হায়নি।

(পিশুম লিক্লী অম পুহুন পরপ পরপ চেল্লকই)

পি — অমত্তমক ফংই ইবুংঙো, লিক্লী অনী শুন পীয়্ ল্লাদে।

বি— ফরে, অহু মঙায়রে। মুপীমচা কুমারীকা স্কুল কাখিকো ?

পি— কাখি ইবুংঙো।

বি— কাবেরী, কাবেরী। লৈতে নহায়, নমাহু থর কোনে, মখা থংবৈ মোয়ামগ মীগি মতৌ তমহুন ল্লারী শারম্ল য়াই।

পি— ওহ, লাংদেম নিপামচা, ঐখোয়গি নঙোন ইথেম্মা লাকপ্রাও?

( লাক্লম্মে চৎখ্রে—থুম্মকই )

বি— অঙ্বাংগি থোকচোমদ অমুক কৌ তা পিগুম।

পি— ওহ, মধুমতী, মধুমতী! ননে কাবেরী লাক লাকপ্রা নখোয়দ, হা?

বি— হায় তা পিগুম, মমাংদ অমুক কৌ লৈত্রবদি।

কা— অরাপ্পদৈ (off the mike) করিগিনো নহায়, চীংডাপিগুম নংন ঐবু লৈকাই পুম্নমক তানব কোইকো কৌরিবো?

বি— ওঃ, মমাংলোমগি ইমুং, নখোয়দোমদ ঐখোয় কুমারীমা কোইরক লাক্লকপ্রাও?

কা— করি কান্নব করি ফজৈ হায়রতুন মীন ঐবু য়ুমদ ডাহাক্ত লৈতে হায়রতুন নোক্লনব কোইকো কৌহল্লিবনো?

বি— নংবু য়ুমদৈ হেন্দোক্লবী, ঝারেম শূদবী মরম ওকপী শানিং-ব্রাও? লৈকাইনবু য়ারোইনে ঐবুদি শাজৌ হায়ববো।

কা— অরেম্বদ থৎনব হৌরকম্ নু খোইদৌ শাওগৎতুন লাকপদ।

বি— কনাগি মীরা ডাংনবদ শাওগৎলুরিব খোইদৌনো?

কা— ঐখোয়বু মীন অরেম্ব থবক ওঝাবু ওইরবস্নু আফিসকী থবকপু ওইরবস্নু তৌগেদি হায়দন ব্লেক মার্কেট তৌদুন চায় হায়।

বি— কনান হায়? করম্মা খণ্ডিও হায়?

কা— য়া য়া লাউরে হায়ে মৈস্নাম তোম্বী চিঙ্খীবীন। মহাক্ন খৈদেন কুম্মকপদ মীন ভাংনবদগি তারকপনি হায়। মীশক পুথোকপ ভমগত্রা মথা শেংকে হায়ববু মীশক্তি খভহৌদে, নিপা অমগ মুপী অনীগনি হায়।

বি— মশক খভলক্নবদু কৈদা, খভব থোক্লবদি ভামক্তি নত্তবনিন মথা শেংনব লাক্লবদ ইমানি ফন য়ানি। তাইবং মীন ভাংনব য়াবু নংন অদুক শাওক্লরিব করিগিনো।

কা— মশক খভলগ মথা শেংপ য়াদৌরিববু করিগিনো ?

বি— তা পিশুম নং করি কুম্মৈ য়েংলি, থোড হাংদোকউ, দ্রোইং রুমদ চানব খক্লব থোয়াং খর তৌরু, গ্লাস অনী থনম্মু ভাব তাদ্রিবাও ?

পি— তাজৈ, চৎচরে ইবুংঙো শো অমুক্ত ইবেম্মা।

কা— (দ্রিং লাওন শো লোল্লগ) হায়রো তারগে, ঐখোয়বু ব্লেক মার্কেট য়াওই, কবোদৈ পোৎ লোম্ন পুরক্লগ লোম্ন য়োল্লি হায়দুন ভাংনবশিংদু মশক খভলগ মথা শেংপ ভম্মোইদৌরিবু করিগিনো ?

বি— মীন ভাংনরবদি অওইব খর য়াওরম্ম য়াই, তাশিম্নরুম্নু শাও- রুম্নু, শেল ফংদুন সনা য়াম্ন শিরগ লোইরে।

কা— কদায়দৈ সনা শিদৌরিবা ?

বি— শেল তোংনদদুদ তৌরিবনি শিরকখিনি।

কা— মীন থীন ভাংনবদু সুম তাদুন লৈব তারেনে শেলম্মু ফংদন অওইবম্মু লম্ভন।

বি— মখোয়ন মুক্তিগি আফিস কাবগুম মথৌমক ওইন ভাংনরক্লবদি নংগি লৈজদব লিক্তোনচুগি মথক্ত নচা মুপাগি সনাশিংচুসু শিজিন্নো, অচুগ ব্না ভাংলুহ্ন নঙকশমচু হেক্ত উৎলু। মীবু মচীন মেনব য়াব্রাও ?

কা— অনকপদ লৈবশিংসিদি মেনগদবনি। অওইবসু নত্তব, অওইব ওইরবসু মখোয়ন থঙবসু নত্তন মীবু মীন পাক পাক নোক্লব য়াব্রা ? নহাকপু লুপা কয়া ফংলবগে কবোদৈ সনা, ঘড়ী, মৈথেৎ, কলম ললোনবদা ? চেং চিনি লোম্না য়োনবৈ কার-বার য়াওরুরব্রাও ? সনা. লুপা কয়া য়াম্ন শেন্দোং ফংল-বগে ?

বি— করে নত্তে, মাংলবনিনে লুপা লিশীং ৩০ মুক, কবোদৈ হব্না-গাড়ী মপোৎ অনী এক্সাইজ পুলিশন ভরাং অহিং ফাই হায়ন তারি।

কা— করিগি অচুক য়াম্ব শেলদি চুরালবৈ কারবারচুদ য়াওরু-রিবা ? করম্ব নিপা বুচুনোনে নংবু ? ননাৎসু নত্তন অচুম্ব থবকত করিগি য়াওরুবগে ? ঐভোন্দ তান্নরম্ব য়াব্রাও, লাইরিক্তমক হৈব, লাইশু থংদব অপঙব.ও ? য়াম্ন পাংদে হায়বদি চুরানব য়াওক্লরবন ওইরে।

বি— নচীন থীম্ন কানেরী, ব্না লাওন ভাংমু।

কা— শেল অচুক থীন নংন মাংহনবদি য়ারগ ঐন চীন খিত্তং থীবদি করিগি য়ারোই থীনি, থীনি, লাওনি মী তাগে হায়ব মথৈ তাজসমু। ঐগি সনা মুহোর অমত্ত লেপ্পীম্ন হায়বদি

য়াদ্রগ অদুক য়াম্ব লুপা লিশীং ৩০ বু হুরানপোং কারবারদ মাংহল্লিব এম এ ; ওঝা ওইব তোকথোক্লুন মন্ত্রী ওইনব হোৎনবদ মীগি শেল কয়া তোল্লে, ওইস্মু ওইহৌদে লেক্লুন তোকহৌই।

বি— নংন মন্ত্রীগি মুপী ওইজনিংব নত্তক সনা মপাল শাৎহনিনিংব, মহ থুংনব হায়তুন লাইবক য়েংউবনে চীম্মীবী। ঐদি ছাত্র-শিংদ দর্শন শাস্ত্র অর্থশাস্ত্র তম্বিবন মুংঙাইজৈয়ে। নংগি-দমক্লে ঐন মাংইব, মুৎলিব, মী ওইদ্রিবা।

কা— নংন নপক পক্তজরগ ঐডেন্দ তায়নবীরব্রাও? ঐ কপ্পগেদো লৈকাই তানব. ঐবু কপ্প হৈতবীনি হায়ন খনব্রাও?

বি— লাও, ইমুংদ কপ্পো, লাওবো, মপান্দ ভাংনরগ মীন তাখিনি অভাওবী! ( লোম্ন)

কা— অদুক য়াম্ব লুপা লিশীং কুন্থাবু অদুক কোম্ন মাংলে হায়রবদবু করিগি কপ্পোইদগে, শুমাংদ লেপ্তুন হৌন কপখিনি, ঐডোন্দ তাক্লমদন মাংহলবগি লৈকাই তানব লাওখিনি।

বি— নং ষন্দ তাম্ন তাম্নদুন ফুবগুম ফুরা? চংউ ইমুংদ কপ্প কপকে লাওবু লাশগে হায়রবস্মু। নংন শন্দোক্লুন লৈকাই পুম্নমক তাহনগেরাও? ইমুংদ চুংউ। তপ্প ইংনা ভাংনসি নম্রবদি।

পি— ( থোড হাংলগ ) শেম শাব লোইদৌরে, লেংশিনবীরকপ য়ারনি।

কা— য়ু পীথকেরা চীংভা পিশুম ?

বি— য়ু নত্তে, থৌনা ফনব হিদাক্নি।

কা— করিগি হিদাক ?

বি— শিব নত্রগ চংব হিদাক্নি। নংশু ঋর খঙ্কের। ? সে য়েংউ।

কা— থক্লিংদে তুক্কৈজে। শেল মাংববু য়ু থক্লগ হন্নিনগদ্রাও ? নপঙ পঙহন নরিল লৈতহন ননাং নতুব কারবার তৌরক্তুন মাং-হৈব নত্রাও ?

বি— ঐবু পন্ডিড, পাংদে লায়বকো কাবেরো ?

কা— হায়দবদে, অওইব নত্রাও ?

বি— ( য়ু থকপগি মথোল তায় ) অপঙব পাঙদব নিপান এম, এ পাশ তৌরগ লুপা লিশাং ৩০ মাংনব লৈগদ্রাও ? নংসু ঐবু লক্লব, নোক্লব কাংবুদ য়াওরব মীশক অমনি ঐ খডিড। নং ঐগি মতিক চাদবী সুপীনি।

কা— ঐন নডোন্দ লৈরুরিবসিত্নম ইরাইবক থীবনি. লাইবক, লাইবক !

বি— এম, এ পাশ তৌব, লুপা ৪০০ চাব নিপাদ নংগুম্বী। পেন্দবী সনা পাম্বী অমন লৈজব ফংলগ নরাইবক থীব। পেন্দবী, সনা পাম্বী অচাউরম কানিংবী, নংন হৈক্লিনবদে তলব য়ামদব থবক থাদোক্লুন মন্ত্রী ওইনব লাক্লক্লবনি মহুদ শোই-হুন, স্মগ্লিং ব্লেক মার্কেটিংদ লাইবক অমুক য়েংউবনি। পূম্নমক নং লৌক্লবদে থোকপনি, ঐবু নংন লাইবক থীহন-বনি পেন্দবী তৌবীমল খডদবী।

কা— ফর ফরব নিপান ঐবু লোগে হায়রম্মবনি করিনো পাম্লিন ঐবুদি সুংডাহৈনি ইনাক খুম্নি – নিংথৌ লাইবক য়ুমদিগী

হায়বময়ীত্থনি হায়রিপোংনি। ঐঙোন্দ হায়রব নিপা, ঐন য়াবিখিদব অহল লম্মন্ন ব্রা লোইনরব ফাওবদ, হুজিক্কি ভলব লুপা লিশীং অম হেন্না চাখ্রে; অত্থুগ অমন লৈবাক্কী চাউরব জজগুম্ব অম ওইখ্রে। ওন্থোকপ নিপা অপঙব অমদ ঐন হৈশিংউবদগি হেক মাংইদ ঐ।

বি— নংন অপান্ব নিপাদ লৈজরুরো, ইমানী থায়নরসি ঙসিদৈ, চংখ্রো চংলো।

কা— হুজিক্কি মতম হেনখ্রে চংলরোই, পঙলবদসু পাংদ্রবসু ইচা য়োক্লুন সিদ স্নুম লৈখিনি।

বি— নং নথব্রাই মাংনিংব্রা কাবেরী ?

কা— থব্রাই মাংদো শরুক লুপা খাউজাও খাউজাও পায়জগে, ঙকশমদ সনান ঙাংশং ঙাংন শাংহনগে, কার তোংত্থন থৈদেন কাজগে।

বি— নং ঐবু করেম্নরিব্রাও ? ঐবু উশিত্রাও ? মৈতৈ মুপীন মুপাদ অত্থুক উশিত্তব ব্রা ?

কা— করেম্নবসু নচ্চদে, উশিংত্তবসু নচ্চদে অশেং অশেংব হায়-জবনি। পঙলবদি পঙই হায়বসু ঙাই, লুপা লিশীং ৩০ বু মীওেন্দ পাখোক্লুন পোং অমাংবৈ কারবার তৌহনব্রাও ? পাংদ্রবদি পাংদে হায়সু ঙাই, তন্দুন য়ুমদ লৈরগ মীন ইনাক খুনহনগব্রাও ? নমান্নবদোন নিপা থোক্কেদি হায়দন। অশেংব হায়নি সনা পাম্মী, লুপা পামী য়াম্ন, মীঙোন্দ হূরাল্লু, লুট চংলু হায়ত্থনদি ইন্সিজ্জদে। ঐন নংহনবনি কাদি হায়বীত্থু ওইদব ব্র হু।

বি— তা পিশুম, মুপীমচাহ্ ওকপিক, মখোয়গি স্কুল ছুটি থারগ্ন য়ারে। অহুগ নংগি তখেলথাঙহ্ ঐ ইনাক্ত থনম্মু হায়।

পি— তখেন থাঙদি কৈদৌনব ওইরবনো ?

কা— অপঙব মকু খোক্তোক্লগ খোনা ফত্রা য়েংনীংমাল্লে।

( বিষ্ক্যা লিক্লীদ থকপৈ মখোল তায় )

পি— তখেল থাঙদি মখা থংবন হাইখিমানে।

কা— অহুদি কোম্ন খোক্লগ শিংগৎপ তারে ফরে, হুরানথ্রব মতুংদ মৈরিংব হায়হুনি। নুপীমচাহ্ তা পিমশুম খর লৌবীক মাগি পাবুংগি শনগাড়ীহুদ।

পি— চৎচরে ইবেম্মা।

বি— নং ঐবু ওন্থোক্ত উংশিংত্তে কাবেরী, হুইন হাখোঙগি পোৎত থিবগুম নংগি নমীং অরাউবহুন ঐগি ছিদ্র মী পুম্নমক্কী ছিদ্রদ থিনিংডি। ঐ নংগি নচৎতু পামদে। ইমানী লৈমীম্নব মুং-ঙাইররোক হায়বনি, মহ্ যানিংদ্রবদি ঐ নংবু হাংপ তায়, নত্রগ ঐ ইশাবু হাংপ তায়।

কা— নহান লৌদ্রিভৈদ ইচৎ পাম্বীত্রগ তোকপিহৌনি, লৌহ্ন য়েংগে পাম্মকত্রগ থায়ননিস্থু হায়বিহৌদে, ঐদি থায়নগে হায়হুন যুম পাল্লকপ নত্তে। ঐবু হাৎলগ ফাসী শগাইদ কাৰীব খোক্লো মুপীমচা কুমারীকা কয়া হাহৌনি।

বি— মহ্ থঙলবদি মৈতৈ মুপান নপুরোইবদ করিগী ব্যবহার কায় ? ( শাওন ডাংই ) নিপা অমন নচীন অহুক থীব মুপীবু

হাংলোইদবগি মরম করি লৈবগে ? য়ুম অসি শিংজংন য়ান্থংলগ মৈ থাদোক্লোরাও ?

কা— অমুক শাবদ শেল চংনি পাঙ্গল য়ানি।

বি— মীন হায়রগ মচীন থীন থুম্ব শায়।

( পোংচৈ লংখায়, থুগায়, গ্রোং গ্রোং )

কা— ওহ, লৈকাই লৈকাইশা নিপা অম পোংচৈ থুগায়রে, ময়ু ডাওরে, মী হাংকে তৌরে। ( শাওশিন্নৈ )

বি— খঙব্রা নং ? করিগি চেল্লি ? একাগাড়ী মন্দিলা খিংলগ কুমারীকা অমদি পিশুম য়ুম য়ৌরকই, মতৈ মনাও খংনব লেপ্পী।

কু— ওহ, হমা ইমা।

কা— করিনো কৈদৌরে মুপামচা ?

কু— করিম্মু তৌদে, পাবুং লৈত্রা ?

কা— লৈ : পোংচৈ লংখায়হুন থুগাইহুন শান্নরি। নুমিৎ তারগ লাকইবদি করিগিনো ?

কু— ঐখোয় স্কুলদ ডসি কুম্মৈ তৌই, মতু য়েংহুন লৈরকপ। মান মান হৈব জগোই শান্নৈ। ঈশৈগ শকনৈ, লীলা উংনৈ ক্লাস ক্লাসকি চাক থাকপ্রা চাক লাম্মে।

কা— চাক থোংউরগে, নপা অঙাওবগ য়ারী ডহাক শারম্মু। শঙ্গোমগ হৈগ পুরক্কে।

কু— পাবুং, পাবুং। ইমান নংবু ডাওরে হায়রিবসি চুমব্রা ?

বি— নমান মচীন্থারিবনি, করিগি ডাওরুদগে ?

কু — করিগিনো কাসিদ য়্লনম নল্মীবসিদে ?

বি — হিদাক্ত য়াওব য়ু ওইরিনি, নমান হৈদোক্লমব্রা করিগিনো ?
( গীটরন তিং তিং কাপই )

কু — পাবুং তাইবং মীসি ওইদব ব্রা য়াম্ন ডাংব্রা ? মবুকস্থু শেং-দ্রা ? পোৎ য়াম্ন চাখায়রেদ ।

বি — তাইবং মী অয়াম্ব ওইদব ডাংই, মবুক শেংদে নয়া পৈশা অমত্তং ওইজনবগিদমক ।

কু — পাবুং ঐথোয়গি ওঝান হায়রিব অডাংদোন মবুক শেংদ্রবদি কনামত্ত স্বর্গ কাহন্দে হায় চুমব্রা ?

বি চুম্মী, বাইবলদ অহুম হায়, মবুক শেংদব, লমচৎ ফজদব মীদি স্বর্গদ কাব য়ারোই, করিগুম্ব অচৌব মীস্থু ওইব য়াদে ।

কু — স্বর্গদ কাহন্দর মীশিংহু কদায়দ লৈরুনি শিরগ ?

বি — নরক্ত লৈরুই হায়নৈ । নরক্তদি মরাল লৈব মীশিংহুবু মতিক মতিক চান থীন লক্লে হায় । মরম ওকপ, লমচৎ ফজব মীশিংদি স্বর্গদ কানি চিংনিংডাই লৈতে ।

কু — হুরানব, চৌম্বীব, ডাকু, মীহাৎপ অমত্ত লৈতব তারে স্বর্গদদি অহুদি পাবুং স্বর্গদদি থানাগি পুলিশ, লাম্মী, মীফা মীপুন্নব অমত্ত লৈতব তারেনে ।

বি — অমত্ত লৈরোই, হায়ব ইনব লমচৎ ফজব মী ডাক্ত লৈব লন্নি । মান মান পাম্ব অডাংদোন শান্নহুন, অহাওব অথুম্বদ চাহুন, লাই নীডহুন, অফব থবক্ত তৌনহুন মুংডাইন লৈনব জাৎনি । স্বর্গদ লৈরবদি ...... — —

কু— তূম্নিংলব্রা পাবুং ?

বি— ঐ উইরুব্রা ?

কু— ভারতকী অচৌব মীশিংহু' অশোক নিংথৌ বুদ্ধদেব, মহাত্মা গান্ধীথোয় ধর্ম্মদি লৈরম্নিকো।

বি— লৈরম্মি রাম সীতা, সত্যবান সাবিত্রী, গৌতম গোপা —... —... - লোইন স্বর্গদ লৈরম্মি—...— — —ঐস্মু স্বর্গদ চৎলুব তায় নংগি নমা কাবেরীদি মচীনথীবগি স্বর্গদ চং· হল্লোই। ( নাখোকই )

কু— পাবুং নং তূম্নমালে।

কা— মুপীমচা চাক লোইরে চাররো। নং পাবুংহ্নু তূমখ্রব্রা চাক লোইরে তাকউ।

কু— পাবুং, চাক লোইরে চারুরসে তূম্মব্রাও ?

বি— ঐ চাক চাররোই, স্বর্গদ চাক্করসি ( তূম্ন তূম্ন ) নমান থোংব চাক ঐ চানিঙদে। ( নাখোকই )

কা— চাদ্রগ তোকসনু, ইমানী চারুরস লাকও।

কু— পাবুংদি চাক লাম্মোইদ্রাও ? ইমা নংগ খৎনরুরব্রা ?

কা— চাক লাম্মগ স্বর্গগি 'হোটেলদ্রা', তুমুদ্রা মরাইন চাজরুনি লাকও।

কু— পাবুং ঐখোয় চাক চারুরনি। সোফাদ তূমদো শরুক ফমুংদ তূমগেদি হায়দন।

( বিক্ক্য নাখোক্লুন তূমখখি )।

ইমা নং স্বর্গদ কাগে হায়রবদি ওইদব ভাংজন্নু নবুক শেংউ হায়।

( Gay music fadesin )

বিন্ধ্যান নাখোকপদি মরক মরক্ত তায়, টেলিফোন ক্রিং ক্রিং খিংলকই। বিন্ধ্যান তূম্ন তূম্ন লাওরকই :—You Telephone ——......shut up. ( খ্রো খ্রো নাখোকখি )

( Gay music continues )

কু— ইমা পাবুংদি ভ্রোইং রুমদ তুমহৌরেদো। ইমানী চৎলগা কমুংদ থাঙ্গংপিরুসিরা, চাকস্নু চাখিদে।

কা— তূম্ব থুগাই হায়তুন য়ৈররবদি, ময়ুম্নু খর ভাওপ্ত্রবনি, শিংব হেক্সংনব অচুম তূমজরসনু। মীকপ থোক্লগ মরাইন হৌগৎ-চরক্তনি।

কু— ইমা নং ওইদব ভাংজন্নু নবুক শেংউকো স্বর্গদ কাব য়ানব। নরক্তা লৈবদি য়াম্ন থীন থীন লাক্লে হায় ঐখোয় ওঝানন্নু পাবুংনন্নু।

কা— হিংলিঁভদ মুংভাইরগ লোইরে, শিরগ লাক্লবদি লাক্লজসনু। অশিবগি বাবু কনান চৎলুহুন থডদৌরিবনো ?

কু— নংন থডপোৎ নত্তে, ঐখোয় ওঝাশিংদি য়াম্ন থডিভ স্বর্গগি বা নরকী বা মখোয় য়াম্ন চৎলুরব জাৎনি। ইমা নং পাবুংদ অপঙব হায়জন্নু লক্লজন্নু, হয়েং শিরগ পাবুং ইমানীদি ইবুক শেংবনীন স্বর্গদ লৈক্লনি, নংন নরক্ত লৈপ্ত্রবদি ঐখোয় অচুম তিম্নভ্রেদো।

কা— চানিংব চাব য়াদব, ভাংনিংব ভাংব য়াদব, মপুরোইব অপঙব, পাংদবন তৌরিমখৈ গীগী তাহুন সতী ওইদো শরুক—ঐদি স্বর্গদ লৈনীংদে।

কু— নরক্তা লাক্লজনি অপঙবী, মচীন কনবী মুপীবু ওকচীল পাল-হল্লগ ওক্তী চিঙ্গাক পীজৈ হায়বনি ইমা—ঐদি তুক্কজৈ, চাজরোই।

( Gay music fades in
মরক মরক্ত বিন্ধ্যন নাখোকপ তায়। তূম্ন তূম্ন রা ভাংই। রারী শারি )

বৈত— ভাইখো, নিপা নং কনানো? করিগিনো তুরেলসিদ চোংথগে তৌরিবা?

বি— ঐগি ইমীংন বিন্ধ্যসিং কৌই, ঐহাক থরাই থারগে তৌবনি তুরেলসিগি গর্ভমুংদ হিংহুন লৈব মুংভাইত্রে, নুপা লিশিং ৩০ মাংলে মুপীন উশিংত্রে, করেম্নরে।

( Stage whisper দা ভাংনৈ, নাখোকই অহুম )

বৈত— তুরেল অসি বৈতরণী হায়বহুনি, অশিবগি লৈবাক তুরেল রাংমদ লৈ। নংগি মুপীসু অভাংগ নতুংদ ইম্নরকই নং শিব য়াখিরোই। নংগি মুপী অভাং কনান থাকপীনি নং চংখ্রগ?

বি— মুপীসি লৈজহৌরসনু মতোমত, ইপা ইচাবু তুরেল রাংম তানব থর লানবীয়ু লাইরেম্মা।

কা— নং নিপানি তুরেল রাংমদ লান্দুন শিনিংলবমু শিজখো, ইমা ইচাদি কায়নব ভম্মোই।

কু— কদায়দ চংতোরিবনো পাবুং ইমাস্থ পুবীসি, ইমাবু থম্বিরম-গন্নু।

বি— তুরেল লাইরেম্মা বৈতরণী দেবীন য়ারোই। মচীন্থীবী মুপীন মপুরোইবগি মতুং ইনব হৌনদে লাইরৈপাক।

কু— করিগিনো ইম:শকপী লাইরেম্মা ইবেম্মা, ঐগি করি ইরাল লৈহ্নন ইমা ইচা কায়নহনবীদোরিবনো ?

বৈ— নাপল তৌবী নচীনথীবী মুপীন লাইরৈপাক্ত চংপ য়ারোই। তাইবংপান্দ মহাক মতিক চান বাখিব তায়।

কু— ইমা নংবু হায়জব হৈত্রাও ? নরোল থোকত্রাও ?

কা— লাইরেম্মা ইবেম্মা, ননাই ঐ মতুং মনাও নিপাদ ইচিন থীজররোই, নাপনস্থু তৌজররোই কৃপা তৌবীয়ু ( বিন্ধ্যন নাথোকই )।

বৈ— কদায়দনো নখোয় অহুম্না চংনিংলিববো ?

বি— লাইরৈপাক হায়বহু অমুক্তা দর্শন ফংজগে। চানবী হৈবী বৈতরণী ইমা নংন অমুক্ত কৃপা তৌবীয়ু।

বৈ— বৈতরণী হায়ব তুরেল অসি ঐ লাম্থোকপীগে অহুগ লাইরৈ-পাক্কী থোংডাকলাই লৈরম্মি, মঙ্গোন্দ স্বর্গ য়েংব য়ানব ডাং-নজো। সিদগি হি অসিদ তোংখৎলু, তাইবংগি নবুকচেল অপিকপ ওইজব পাম্ব, কল্লক মীহোব, মীগি মাং তাক্লব বাখল পুন্নমক তুরেলসিদ থাদরম্মু।

বি— য়াম্না ফনি ইবেম্মা।

কু— পাকখ্রেদ, ফজখ্রেদা তুরেলসিদে।

( Sweet music or flute in low tone timing the movement of the boat).

( বিন্ধ্যন নাখোকপ তায় ইশৈ মরক্ত )

থোঙ-- ঐ খোঙডাক লাই হায়বত্থনি। তাইবং মী নখোয়ন অশিবৈ লৈবাক্ত লাকইব করিগিনো ?

বি— ননাই ঐখোয় অহুম্বু লাইরৈপাক অমুক্ত দর্শন ফংহনবীয়ু।

থোঙ— নরক য়েংগে হায়রবদি য়ানি, আদ লৈরিব অরাওব লম্বী লৈখোম তোৎপসিদ চৎখো। স্বর্গদ চৎকে হায়রবদি য়েৎথংব অথুব লম্বীসিদ চৎকদবনি। চৎত্রিডৈদ রাহং থর নবুকশেংন চুম্ন থুম্ব তায়।

বি— ননাই ঐখোয় স্বর্গ য়েংগে নীংই, করি রাহংনো হংবীয়ু লাইবক য়েংজগে।

থোঙ— নিপা নং করিকরি অরানব থবক তৌরুরে, মতুংদ তৌখিদ্রা ?

বি— ইনাৎ নত্তন মুপীদ সনা শিহনব ডম্নব অথীংব পোং লোন্না য়োঞ্জরুরে। মতুংদ তৌজররোই।

থোঙ— মুপী নংদি করি করি অরানব তৌরুরে, শেংন হায়দোকউ।

কা— ইতিক ইপা চাদন সনা লুপা য়াম্ন পাম্মুরে, নিপাদ ইচিন থীরুরে, রারেম ডাংবদ মীবু নোক্করুরে মতুংদা তৌজররোই ননাই ঐ।

থোঙ— মুপীমচা নং ওঝাদ, নমা নপাদ করি করি ওইদব ডাংউরে ?

কু— পারা ফাদহুন নোংম নাশিন্নরগ ছুটি লৌরুরে য়ৈগ্নি হায়ব কীবদৈ। অহুগ পাবুংগি ফুরিংথাওদৈ নহান লুপা। অমা হুং রাল্লগ লোদে হায়ন খুমখি। মতুংদ অমুক তৌজররোই।

থোঙ— অহুদি নখোয়গি লশা লশাহু নাপলগ লোয়নন থনম্মগ তোল মচা ওন্দুন পাইব তায় ইতুং ইল্লকউকো।

( Sudden Crashing music stopping abruptly. হান্নদৈ খর অমুক বেল্ল রাল্লী শারে stage whisper দা ) ।

বি— থোঙঙাকলাই ইবুংঙে, য়াম্ন রাজরবী সীতাবু বন্দ লংথোক-পিন্নি, বন্নৈ মচা অনীগ হল্লক্লবক্সু সীতাবু মৈদ ইকুন পরীক্ষা লোব পামখি। মতুদ অরৌশিবী সীতাবু হজিক স্বর্গদ প্রভু রাম-চন্দ্রগ পুল্লবা খায়নররবা অমুক্তা উইনবীগ্ন ননাই ঐথোয়দ ?

থোঙ— সোমদ পাইরক্লো অহুদি, তু য়েংউ, প্রজা মীয়াম্বু সুংশিব প্রভু রামচন্দ্রন জানকী সীতাদ তাক্লি গণতন্ত্র চৎপ পৃথিবীগি লৈবাক কয়া কয়া মতুদ সীতাবু উইল্লি রাম রাজ্যগি মুংত্রব শক্তম তাও জানকীন প্রভুদ হংলি মনাই সুপীবুদি কদায়দ হুন্দোকপীরে। শ্রীরাম্না খুম্মি "প্রিয়ে, ঐ নংবু কৈদৌঙৈদ হুন্দোক্কে. গণতন্ত্র পাম্ব লৈবাক্ত অচুম্বগিদমক অম্রাব খাংব কাংবুন সনা অহিংবী সীতা নংবু ইড়াংলি, নংগি খুত্থং ইগুরি।

কা— অহুদি থোঙঙাক লাই ইৎংঙো, স্বর্গদসু মতদসু রাম সীতা থানদন লৈমীন্নব তারে চান্নন।

থোঙ— নংসু থাংউ, কাবেরী, নংন ফন চুম্মী খঞ্জরবসু নপুরোইবদ ব্যবহার কায়গন্নু, সীতাগি মতো তমজো অপঙবী।

কু— পাবুং সাবিত্রী সত্যবান করায়দ লৈবগে অমুক্ত থুক্কমঙগে হায়বীয়ু।

থোও— পুকচেল শেংবী মুপীমচা, নং সাবিত্রীন কৈদোবী স্বর্গ হায়বহু উনিংলবদি সোমদ য়েংউ, যমরাজগি মথুংতৈ কন্ন নারব মপুংরোইব শিব য়ারব সত্যবান অহৈ সতী সাবিত্রীন কনখি অওকপ লাইকন্নবৈ মহৈন। মহুগি মতৌ তমহুন মর্ত্তলোক ফ্লোরেন্স নাইটিঙ্গেল অমদি লাইকন্নব হৈবী নর্জ কয়ান অনাব সত্যবান কয়াবু যমরাজদগি মথুংতৈ কন্নরি। স্বর্গদ সাবিত্রী সত্যবান্ন চান্নবগি মমিনি তাইবংদ —

ন— অনাসবু লুন লাইকন্নবহু।

বি— মহাত্মা গান্ধী অমদি অচৌব মীশিংহু কদায়ব্রাইদ লৈবগে? থোওডাক লাই ইবুংঙো অমুক্ত উহনবীয়ু।

থোও— য়েংউ, আদ উরিব স্নজীং অসিগি অকোয়ৎদ থিল্লিব মঙাল পীনব ইলেকত্রিক্কী পাৱার হাউস মানবশিংসি যীশু খৃষ্ট, বুদ্ধদেব, মহাবীর নানক, মহাত্মা গান্ধী, রবীন্দ্রনাথন চিংবনি মথোয়গ তাইবং মীয়ামগ বিজুলী তারা মশক উদবন শন্নরি, বিজুলীগি বল্বকুম্ব মীয়াম্সু মতিক চান ঙালহন্নব জ্ঞান তৌরি, মীজাওশিংসি লাপ্ন দর্শন তৌ, মথোয়গি ধ্যান্দ অকায়ব থোক্কনি।

( বিজ্ঞান নাথোকই, য়াওল্লি। টেলিফোন শরীক থিংই অনীরক, কুমারীকা লাকই )

কু— পাবুং, পাবুং! সিদ স্নম নোঙডানবক্কাও তুম্মবোইরে। পাবুং টেলিফোন লাক্লে, নোংস্নু ঙাল্লে, হোগৎলো।

বি— ইস, ঙন্থোকপ মঙ মঙিঙদা ! নোঙঙাল্লবোইরে মুপীমচা। ( টেলিফোন অমুক খিংই )

কু — পাবুং সে ( পীরগ )

বি— হেল্লো ! বিন্ধ্যসিংনি (তারগ) এক্সাইজন ফাখিব গাড়ী অনীছু ঐখোয়গি অমত্ত য়াওদে হায়বা ? ( তায় ) অং, অং, অহুদি য়াম্না ফরে, ঐ লাক্কে। নমা কৌরকউ কুমারী। থৌল্লে ঐগি ফীরোল পীরকউ ইশিং ব্রস—... ...—

কু— ইমা, ইমা, পাবুংন কৌরি।

কা— করি ওইরবনো ?

বি— নং ঙরাং অহিং করি নমঙ মঙই ?

কা— মঙদ সনা য়াম্ন শিরম্মী, কার তোংহুন কোইরম্মী।

বি— চংলো নপামদ কোইনিংব কোইনব, কার তোংনব সনা পিনব উপায় থীরুরো।

কা— চংলোই সিদ স্নুম লৈরগ শিদৌরিব সনানি, তোংদৌরিব কারনি।

বি— ঐ ঙরাং মঙদ স্বর্গ কারুরে ? নংসু মুপীমচাসু ইতুং ইল্লি। সতী ময়াম সীতা, সাবিত্রীনচিংব উরকই। মীজাও কয়াবু উরকই। নং নচীন্দু ব্বারকপ ঙম্মোইদব নপুরোইববু লাইগুম্ন ইকাইখুম্নব তৌদ্রবনিন ঐ তাইবংদ হিংনিংদ্রে। নংনস্থ নপাম চংলু য়াদ্রে, ঐ মাংখ্রগে।

কা— মতুং মনাও চীন থীজররোই ব্যবহার কায়জররোই ব্বারৌ-বীনু, ইরাল কোকপীয় থুরুমজরে।

বি— অহুনিদন মুপী হায়ত্রুন। ভসি অয়ুক স্বর্গদগি টেলিফোন্দ পাউ লাক্লে নং তারব্রা:ও ?

কা— কদায় তাজগে, করি পাউ ওইরবনো ?

বি— ঐখোয় গাড়ী ফাখ্রে হায়বত্রু ওইরমদ্রে লুপা লিশীং ৬০ মাংদ্রে। লিশীং ৬০দি শিংকনি পোংশিংত্রু। ঐ মত্রুগি রা ভাংনব চংলে। য়েঙ্খাং হাওহল্লম্মু হায়।

কা— চাকা ফাল্লরোইদ্রাও ? (য়াম্ন কেন)

বি— আঃ দোকান্দ থকউগে থেংখ্রে।

কা— অত্রুদি হনবীরকপদ সনা খিংত লেপ্পীরকউকো।

বি— লেপ্পকে সনা পাম্বী ( off the mike )

---

লোইরব।

# নজা ইবুং ঙোনে

## লীলা মীকোক

—:(o):—

| পা | মখোল | |
|---|---|---|
| ১। নিংথৌ ধর্ম্মবতার | ( হৌব, লেম্ব ) | চহি ৫০ রোম |
| ২। ইপু রায়েল কাতি | ( তপ্ন, খর নিকপ ) | ,, ৭০ ,, |
| ৩। শারাক শাজ্ঞে | ( পিক্ল, শ্রেং শ্রেং ) | ,, ৪৫ ,, |
| ৪। মজা ইবুংঙো লমহেন | ( লিখংন, ৎওখোকপ ) | ,, ২৫ ,, |
| ৫। মরুপ পাখঙ | ( নেম্নচিংব চীরো-খোন ) | ,, ২৬ ,, |
| **পী** | | |
| ৬। অপাম্বী, মৌনহা | (মুংশিদন কেজবী ) | ,, ২৪ ,, |
| ৭। সুনীতি, নৈশাবী | ( কিদব, অরেম্ব রাঙাং ফজবী ) | ,, ২১ ,, |

————

# নঙ্গা ইবুংঙোনে।

*A radio play of 30 minutes duration.*
*Date of broad-cast : the 1st Sept, 1967.*

১৯ শুব শতাব্দিগি ম্নাইনি, শগোল গাড়ী ষণগাড়ীগি মতম্নি। লমহেন অমম্বং পাখঙন মুমিদাংবাইদ ধর্ম্মপুর কোনুংদৈ চৌংয়া খুন্দোন তাম্ন লমজাওদ শগোল অমমম থোঙুন চংলি।

Record the galloping steps

লম— চৌংয়া খুন্দোন হায়বহু মুম্নাইদনি নঙ্গা ইতা ব?

পা— মানি ইতাও ইবুংঙো। শগোলহু তোমাল পাখী অসিদ পুক্কগে।

লন— মুংশিখ্রেদা চৌংয়া লক্ষাংসিদে। আদ উরিব খুলসিন করি মমিং?

পা— তোর্ব্বান খুনৌ, শিঙেল মুনীতিন শাংলিব নৈকোন, ম্নারক চেৎপ মধুড়ান তিঙ্খং সম্বন।

লম— ইনিংতম্ন য়ারবদি কয়াদ মুংঙাইগদব!

পা— পাবুং চং ৫০দি হেল্লরিনি, ডাইদোব কুইদ্রে।

লম— হকচাংবু কম্লিদা, মুক্ক য়াম্ন হান্নিব!

Record : ষন্নাও শরিক, ষণ খোংব. সঙ্গেন্নহাগি
অনেম্ব বাঁশী।

লম — ইতাওন হায়ব মচে অফাওবী, অপাম্বী হায়বীহ্নন কদায়দ
লৈব ?

পা — খুঙ্গাওসিদ লৈ হায়, ঐ হংজগে। হায় ষঙ্গেন্নহাশা! শোই·
বম অপাবীগি য়ুম কদায়দনো লৈহাও মখোঙসিদরা ?
off the mike......——"মানে"।

লম— মপু পাল্লিব জাংলা ?

পা— অহানবৈহু খায়নখ্রে হায়, অনীগুবহুন লংফৈদ লৈখিব্রা,
অহুমগুব অমন ময়ুমদ পুনব কন্ন হোংনরি হায়। তরা লৈ·
রম্মবসু মঙক লাক লাক্লুন ইনখ্রগ লোয়রে।

লম— মহুগুম্ব খর য়াওদ্রবদি তাইবং পুক্রাং লমহেনবসিন অপাম্বহু
পাক পাক থুংদে। ধর্ম্ম কায়সু, মহু তৌহৈদে হায়হুন অহল
লমন সমাজন খিংলিবহু উম উম হায়হুন ইল্লবদি নহা ওইব
কাল্লম্মগ হন্নুব তায়।

পা— অশেংবনি মজা ইবুংঙো, খাইন কিনব অঙকপ থবক চা-
হৈদে থকহৈদে হায়বহু পোদ্রেক পোদ্রেক শায়ররবদদ পেল্লি·
বনি। ঐখোয়দ শাংপ কেতকী মনম মুংশি হায়ব মুন্ন
খঙদে মীগি লৈকোন্দ হৌরিব গোলাপ নম্মুরগ নাতোন
চাবী ওইরম্ব য়ারিবদো অহুদ খোয়রাংই, লেংশিনসি, মজা
ইবুংঙোন চিন্নিংব শিঙেল হেকনিংব হৈরাং হেকপদ ধর্ম্ম-
পুরদ কনান থিংব মতিক লৈগবনো ?

লম— পাবুং লৈরিবনিন ইতাও, থর লোম্ন থুপ্ন হাৎনথিব তায়। লৈবাক ম্নাথোক ওইহনবদি য়াদ্রিকো। ঙাইব ম্নাদৌরি।

পা— ঙাইব ম্নাদনব ঐন শিঙ্গনি মাঙ্গোন্দ তুম্মিন্ন লেংশিনবিয়ু।
(whisper )

Record : Koncking on the Door.

অপাম্বী—( মীহুৎথোঙদৈ ): অহুক কন্ন থিল্লিবহুবু কনা কনানো ? করিগিনো অহুক উশিত্তবদে ?

পাখঙ—ঐখোয়গি ম্না লায়রি, নংবু নমিং অপাম্বী কৌব্রনহায় ?

অ— অপাম্বী শকহেনবী হায়বহু ঐমক্লি করিগিনো ?

পা— ঐন লাকইবসি নংবু লৌগে ইনাক খুনহনগে লাকইবনে।

অপা—ইমিংদ পাম্বিরবজাৎলা ? শকফাও থঙনদ্রিবৈন ইমিংদ লৌবীরীবহুবো ? ইশাদি মীগি ওইগ্রে, ইমীংহু শোন্দুন হনবিরো।

পা— হায় ঙাইখো ম্না হংখিগে। নংগি ননাওমুপী লৈশাবীহু মমীং করি হায়য়ে ?

অপা— সুনীতি কৌই, মহাক্কি ঐখোয়গুম্বী নত্তে, হংবীহুন কান্ন-রোই থৈদেন পোৎ নত্তে। ঐগসু লৈতে, চৈরাক কনখ্রব খুড়াতোনগ লৈখি, লমচৎ নাইদব ধর্ম্মপুরগি পাখঙন মাবু লৌব য়ারোই, স্বর্গপুরদ থাজদৌরিবনি।

পা— সুনীতিগি মচে শোইদ্রবদি নং ঐন লৌদব য়াদ্রে অপাম্বী।

অপা— ঐগি ইম্নাকা অমত্ত তাবীদন লাংদ্রে মতোনদৌন হেকপি-রিবহুবু করি থো তৌনবীদৌরিবনো। খাইদৈ হেম্ন

মুংশিজরব ইপুরোইব লৈজে অথৌব, ধর্ম্ম নত্তব ব্রাহ্ম সতীগি খুভম তাঞ্জরিবী ঐঙোন্দ তাকপীগনু।

পা— নংগি নিপা ৪দ ভাইরি, ঐগ ৫ শুরবসু সতী অহুম ওইব য়ারি দ্বা পুর যুগত, কলি যুগসিদ মশীং য়াম্বন ফমফম কানরবসু ৪দ ভাইবশি বুদি ৫ শুরব নংন মথক ফমনি। নংগি নিপাহু ঙসিমক তাম্হোকখ্রো, নহাক ঐন লৌরনি, 'লৌদব শুকয়া য়াদ্রবনি খঙভু।

অপা— ইশান য়াদন নিপা লৈজবী ঐবু করম্ম লৌবীগদৌরিবা ? ধর্ম্ম ডাকুব প্রজান য়ানরব অচুম্ব চৎপ নিংথৌ ধর্ম্মবতারন পাল্লি। খুনগি মীয়াম্ম তানব লাওরবদি অরেম্বদ চোংপুন তোকপীনি, ঐসু লাওগনবী তানি ইকাই লেংঙো।

পা— হায় অপঙবী নিংথৌগি মজা ইবুংঙো য়াওরি, নংবু পামহুন লৌগে হায়ব নত্তে। ( whisper খর নকশিল্লগ লোল্লপ ) ইতাও ইবুংঙোদ শজি অম ফারগ কৎনব ইমানী অমত্ত ওইদৌরিবনি। মমল কানব হোৎনগেদি হায়দনা ?

অপা — অসাইন তাকপীবদি কৈদৌগে ( কেন ) ঐদি খঙজরুদ্রে, লেংশিন্নব তাংবন পুথোরক্কে ব্রারৌনু।

পা— খোন হায়গংপ মুংঙাইব্রা য়েংবনি, ইকম অনৌব কাখৎপগি।

Record : খোঙ হাংদোক্লগ চোকী থারৈ।

অপাম্বী – লেংশিনবিসি, খুরুমজরি মজা ইবুংঙো।

লম— জয় জয়। হৌনব খঙন উইদনা।

পা— সতীনি ননাই ঐগি ইতাও ইবুংঙো।

লম— হুজিক ইতাওন নংবু পোৌরগে হায়রিবত্ত ফাগী নত্তে অপাম্বী, মহাক ঐগি চান্নরব মরুপনি ডাওমীম্নখ্রব। নখোয়নীন অমত্ত ওইরগ ঐডোন্দ কান্নগদৌব থবক মচা অম লৈরে, মত্তগিনি।

অপা— মজা ইবুংঙোদ কান্নবীদৌব থবক্তু তাকপীয়ু অঙম্ব ইতেং পীজনী, ননাই ঐবু মরম লৈতন অমত্তগ কায়নহনবীম্ন। (কপ্পি) অমত্ত ওম্থোক্ল নুংশিজখ্রব ননাইনে, পাম্বুব খঙথিদ্রব। হা ইবুংঙো! নংদি ঐন তারিব দশাসি খঙজদবনিন ঐডোন্দ ম্নাগি লিকফাং খুজী থোনবীদৌবগি শা কৈন থম্লব জঙ্গলদ অৱা অনা খঙদন কাকফৈ কাভ মরক্ত উজাও তুপ্নব য়াম্লিনিদো। (হীক হীক কপ্পে মখোল)

পা— হায় অরাপ্প জঙ্গলদ চংথিব ওইরবদি মহাক্ত তাদৌব লৈতে কপকম্নু, ঐখোয়রা কপ্প ভানিংদে, নোকউ, নোক্তি-ফাও য়ৈয়ুরা ?

অপা— নোকনিংদন ঐবু করম্ন নোককদগেনে মজা ইবুংঙো?

লম— নোক্লিংব ঐগি ইতাওসিবু লাৎলু, জঙ্গলদ লৈখিবদো কৈন চাজখ্রসম্নু। নংনবু মহাক নিংশিংউদ্রবদি কৈন চাথিদ্রবস্নু অরূম হৌত্নন মরাইন শীজখ্রনি। নংন পাম্ব শংরিক, নফি নরোল, নয়ুম নকৈ লোইন হোংবিনি।

অপা— অদুব মজা ইবুংঙো, ঙসিদ উন্নরিব হয়িংখোই অসিন ঐবু কয়া য়াম্ন খুংশিবিরমদগেস্নু থংদেদো, অমত্তদি সত্য ইম্থোক্ল ঐবু—

পা— শাংথব কান্নদে হায়ত্নুন তৌবনি অপঙবী নঙবু কুইরপোং-নিনে—নংন লৈশাবীঙৈ, চহি ৫ | ৬ কী মমাংদ খুম্নোদ জগোই অম শাম্নখি, লৈশাবী পাখঙ জুরা ৫ ইরোই অমমম তোংত্নুন নখোয় লাকখি, নংন মাং ইথা থারকই, নং কাউরব্রা ?

অপা - কাউদে, থাবলস্নু য়াম্ন ফৈনে অহিংত্নু।

পা— মত্নুদৈ ঐ নংবু শিংখ্রবনি। অতৈত্নু পাংত ফুম্নখ্নগ নংবু পুত্নুন ইরোইত্নু থৌখ্রসিরা খল্লুই। মতমত্নুদ মঙ্গা ইবুংঙোগ ইতাও শাম্নত্রিবন মখোয়ত্নু মথব্রাই হিংহৌবনি। উ য়ানবত্নুগি মঙক্নু পুরক্লগ নং হোয় হায়গেরা ?

অপা— অত্নুমক্তি তৌবীত্নু অথোব। ইরোই তোংবী ঐবু থব্রাই তাবিরবদি ননাই ওইজ্ররগে কৈশুম শংদৈ অব্রাভম তারিব মী ১০দং থাদোকপীয়ু নীজরোই পোং ওইন।

পা— অমক্ত ওইদৌরিবনিন অপাম অপাম্ব পীথোক পীশিন তৌন-গদবনি। হঙ্গংলূ স্না মাংদ।

অপা— ননাই ঐগি পম্থৌ, ইবুং মরীমতা খরগ মী হাংলুব, ফৌ মুল্লুব, লুট চংলূবনচিংব শাথীরব মরালগি কৈশুম শংদ অঙাং ওনব ঙাইত্নুন লৈরি, মত্নু চাম্ন থাদোকপিখো অত্নুগ ননাই ঐ হায়রিবমথৈ য়াজগে।

পা— নংস্নু মমলদি ফন রাংন শোল্লিদ।

লম— ঙাইখো নং ননাও স্নপী স্নুনীতি হায়বীত্নু ঐঙোন্দ পীবদি ঙমগদ্রা ?

অপা— মহ্কচেল খায়, হরাও হরাও য়াহনবদি য়ানি।

পা— য়াহন্নবম্ নংন মাবু হয়েংলা হংচিংলা নখোয়সিদ চাক কৌরো। চাক ৎেক তোকপগ ঐখোয় মাবু শগোল গাড়ীদ নমহ্নন চিংখৎলগ পুখিগে।

অপা— অহুদি লাই, ঐ হোৎনজগে। কৈশুম শংদৈ মীশিংহুদি কৈদৌডৈ থাদোকপীগনি?

লম— পাবুংনদি শাওনিদ। অহু মঙাইরে মশক অহুক ফজববু লৌদন তোকপ হৌনদে, হয়েং ঙমগ্রবম্ হংচিংতি ঐ শোয়দন মখোয় ১০হু থাদোরক্কে।

পা— শোয়নব য়াদে অপাম্বী, মশেম চাক কৌরো, নতিক নরল লৈবী ওইরো নহাকপু য়ানোম্মবৈ শেল মখৈ নখুংত পাইহল্লি।

অপা— শোইবিরক্ত বদি ঐ শোয়জরোই।

লম— মহুনিদন মুপী, ঐখোয় হল্লে।

অপা— থুরুমজরি মজা ইবুংঙো।

পা— জয় জয় লৈহৌরো ইরোইতোংবী।

Record : শগোল অনী খৌখিব মখোল।

Fade in : Morning birds are chirping ;

কান্তি—অহিং জগোই ইশৈদ ইরাক্লহুন য়াকাইরোল শক্লব ফাওব মীকপ থোক্ত্রনে নিংথৌসে। সনথোঙদ মী য়াম্ন ঙাইনহৌরিব কয়া কুইরবনো।

শাজৈ—অত্তুক ব্রান ফাজ্ঞখিব মীহাংপ, গুণ্ডা লুট চৎপশিংত্তুবু অম্মুক অম্মুক লাইন থাদোক্লবদি কৈশুমশং লিংবগি শারাক শাজৈ ঐখোয় থম্বগি কবি কান্নবিবগে ইপু ব্রায়েন কাতি ?

কাতি — উচেক ঙাক্লব ব্রাকবোক, চরু চফুন শাব হামুক শুন্নু তৈব মী লৈবুক্ক খিন্নবত্তুনি অপঙব প্রজ্ঞা ময়াম কীনব, অশীংব-শিংন নোক্লনব, কান্নদে ঐখোয়গি মাইদ হামুক শুন্নু তৈরি-বসি ঈশিংন .শংন থাদোক্লসি।

শাজৈ — ঙরাং কৈশুমশংগি থাদোক্তু মজ্ঞা ইবুংঙোন তৌবনি হাযত্তুন শেংন হেক্ক তাকশিরা ইপু ?

কাতি মীশক্তি কোন্ন তাক্কদবনি, নিংথৌবু হাম্ন শাওহল্লগ মরাল লৈবদ অক্কম্ন চৈরাক পীনব। মত্তুংদদি মচা লমহেনবন লৈবাক্কী কাংলম কায়ব ঙমদনব শীন্দব য়াদে।

শাজৈ— থব্লবু থাদোক থব্লবু ফাজিন, অচান অরাই নাইব লীচৎসি মনীং থুংদব প্রজাশিংন শাওনরকইব কুইবে। নিংথৌ হাম্নগি করি কান্নবগে ? প্রজা ঐখোয়বু ওৎপিনব্রা হংন-রকইব মীশীং য়াম্মে, ঙসি স্নখোঙদ তিলহৌরিবত্তুদ নত্তে ইপু।

কাতি—ঐস্নু তারবনি শাজৈ, ইমাইসি খুন্নবনি। অঙাওব অমবু মনীং তমহন্নব প্রজা ওংপত্তু কুম্মে য়েংনব হাপখিব নিংথৌরা ? মতেং পাংলিব শাজৈ, কাতি ঐখোয়ন ইন্সল্লিব্রা থাম্মিব্রা হংনরক্লে। অরানব চুমথোকসি য়াদ্রবদি, লৈবাক কায়জরকপ মশান তাবনি।

Record : A bugle Sound, নিপা অমন লাউরকই :
প্রজান য়াব নিংথৌ ধর্ম্মবতার লেংথোরক্নে।

কাতি— ⎫ খুরুমজরি ননাই অনীন, ধর্ম্মপুরগি মীচং নাইবাদব
শাজৈ — ⎬ ইনিংথৌ ! প্রজান নীঙজব পাংবীনব অথৌব খুৎলাই
⎭ অহেনব !

ধর্ম্ম— করিনো অয়ুক অঙনবসিদ ইপু ব্রায়েন কাতিগ ইনাও শরাক শাজৈগন নিংথৌ ঐবু উন্নব লাকপদে ? নিংথৌ ওইবসিদি ব্রায় হায় ইপু ; নথোয়নী লাকপসি শাগি পাউবু ওইরিব্রা লানগি পাউবু ওইরিব্রা, মৈপোক লাংহৌ, অনা অয়েক্কী ওইরিব্র থনবদ মুংশা থীদো। য়াম্ন চাশিন থকচিনলুবগি হকচাংন চৎপ ব্রান নোইরে ইবুরু থরুংদোন পোম্মিবসি উরব্রা ঙরাং অহিংন শিজ ময়াম জগোই ইশৈ হাকমনবন তূম্ব শ হৌদ্রে ; প্রজাশিংন শেৎনব চানব লৈতহুন ব্রারিবসিদগি ঐন ব্রাবন য়াম্ন হেনব জাৎনিকো ইপু। থাজদব তৌবীনু।

কাতি—অশেংবনি ইনিংথৌ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইব প্রজাবু মনীং থুংহন্নব লাক্লব হায়ব থবকসি মুংঙাইব শিনফমদি নত্তে। শ্রীযুংন ব্রাদ ব্রাবিরগ পোথাবিরগে হায়রবস্নু নজা ইবুংঙো পাখঙ তিঙ লাওন ফারে। খুভম শিলহল্লসিরা স্না বুদ্ধি তৌবীয়ু।

ধর্ম্ম— মহুমকস্নু কদায়দৈনো ইপু চহি ৫। ৬ নিংথৌ ওইবদৈ তনব, ব্রারেম শুব, কুম্মৈ য়েংব হৈনরব ঐন নিংথৌপাদি থাদোকপ ঙম্ব হোন্দে, শীদ্রিব ফাওবদি ব্রাজরবস্নু ব্রাজন লৈবাক্কী

সেথা তৌজখিগে ইপু। ঐগি মুপা কুমার লমহেম্ব নিংথৌ ওইব মতিক নত্তে, প্রজান মাবু শংই শিল্লি হায়নরকনি, হা ইনাও শারাক শাজৈ? মুংঙাইন রাব হায়ববু নিংথৌ ওইবন মহেল্লে মহাক থঙদ্রহুন ওইনিংলম্বদি য়াই।

শাজৈ —যানি আজ্ঞা, রাথল্ থেনব কাংবুন নিংথৌ ওইববু মুংঙাই-দৌবোই নীংনৈ: প্রজাগি মনীং থুংনব, অরাংপ লাইরব লৈহল্লোই হায়ন থল্লগ শিন লাংব তারবদি নিংথৌ ওইবদ পূক কংখ্ৎনব জগোই ঈশৈগি মঙলান্দ ইরোই শানব শংপোং নত্তে অজ্ঞা। নিংথৌ ওইনিংব অপঙব প্রজাশিংহু অমুক অমুক শিন্নহল্লগ ৎনী ৎনৌদং ওইহন্দুন য়েংদৌবনি মমা মমা থৌরাণীশিংহু উনব।

ধর্ম্ম— নিংথৌ ৎনী ওংরিবৈদ ময়ুমদ পুকৈ থিনখিদ্রা মী কয়াবু ওংলমগদ্রা কিবন চাং য়েংনদবনি শারাক শাজৈ; কুম্মৈদি মুংঙাইথ্রদৌবনি হায় ঙাইথৌ ইপু কাত্তিন কোহ্লিং কাব-দৌন ইশুক শুকথন অবুক নোং মংবিরিববু করি তৌরবগে? হকচাংহু থর তেকখৎনব মৈ কনব মহী অমৃতগুম্ব খিজিকং ফাল্লুসিরাও?

কাত্তি—নিংব থোব লৈ মপু, সনথোঙদ মীয়াম্ব খ্রো খ্রো থোংহুন মপু স্না নোংদম ঙাইজরি. ননাই ইপু কাত্তিগ শারাক শাজৈগ ইমানীবু শ্রীযুৎ স্না চরন্দ রাকৎলু হায়রন থাজিল্লকপনি।

ধর্ম্ম— করি রাথোক্লি হায়বগে ইপু? (মুংশা থীন) চরা হেন্ন-বগিরা, শা ঙা[redacted], লান লাকপ্রা? প্রজান ঐবু ফত্তে

হায়নব্রা ? নিংথম থাদ ঐন ঙবোং পোন্দল ৫০০ য়েনখিবছু কাওনখ্রবা ?

কাতি — কৈশুমশংগি ৱাথোক ঙরাং অহিংগিছু হঙ্গংলুদন শারাক শাজৈ।

শাজৈ — অজ্ঞা, ঙরাং নোংয়াই চবুক লোনবদ মাংখুম হাপ্ল নিপা অনীন শগোল অমমম তোংছুন কৈশুমশংদ থৌজিল্লক্লগ প্রজাগি চরম মেৎলুবৈ, কোট কারম্বৈ, শেঙ্গাও লাকউবৈ, মরাল লৈতব মী ঙানমচাক্লবৈ অৱাভম তারিব খুন্দোনগি গুণ্ডা ১০ থাদোকখ্রে।

ধর্ম্ম — শাজৈ নংন তূমছুন লৈরিঙৈদ্রাও ?

শাজৈ — হৌদোক্লছুন মীং পাংলিঙৈদনি, স্না মুহোর কোম্নব স্না য়াথংাস য়াওরকই — থাদোকউ হায়ছুন, স্না মীংয়েং অমুক্ত তাবিসি।

ধর্ম্ম — হাইস ! কনান মুহোর হূৱাল্লগ, ঐগি সহি শারকইবনো ? কোনুংদ ঠোক চংলে, লৈবাক ৱা য়াম্ব তারেনা ! ঐগি লৈম ১০৮াস মবুক শেংদব য়াওরব্রা ? স্না অফিস্ত হূরানব চংলম্ব তারে। স্না মুহোর হূৱাল্লগ ঐগি সহি শাছুন ডাকু ময়াম থাদোক্লম্ব নিপাছুগি ৱায়েন চৈরাক্তি ইপু কাতি শঙলিঙবদ পীছুন অঙাং ওলহনব। চংলো ইপু ৱায়েন কাতি, নংস্থ শারাক শাজৈ অথোব, শামী লাম্মী প্রজা মীয়াম খোম্মগ শারমচৎত হৈনখ্রব তোঙম্ব মীনুথাংশিংদো লৈরম্ব মকমদৈ হিংন নত্রগ শিন ফাছুন পুরকউ। লৈবাকসিদ ঙরানব

হিকমা অমফাও লৈব য়ারোই। হায় কনা লৈ? ঢাকু ফারুসি হায়ত্তুন লৈবাক থুংনা শগোল পাউ চেল্লু।

Record : সাইরেনগুম্ব দবল বেঙ্গুল খোংখিব, শগোল থৌখিব মখোল।

অপা— পঙত্রেদা সুনীতি নংসে, অরেম্বদ নম্নুং কল্লগ ননম নাগেদনি। হিংলিডৈদ মুংঙাইগে হায়রবদি নজ্বা ইবুংঙোন চানবীবসিদ হরাও হরাও য়াওও। অচুম্ব অফোংব লৈবাক্ য়াব লম্বীদি কুদ্রুক কাদ্রাকপনে, চীংয়া তময়া হেক্ত য়োৌব অশম্ব লম্বীদন লমহূই মকোন থেংনবনে।

সুনী— অরোনব অশম্ব লম্বীমু তীঞ্চং য়ুগল্লি, ঐ ইশান হৈনজদে, য়ানীংদে ঙম্মোই। অরেম্বদ চোপ্তুন তোক্কনি. ঐবু ফাহনগম্নু থাম্মু ইচে নিংথো মচাসিবু। অরানব লম্বী চংতবীনি ঐ।

পা— করি হায়রে অপাম্বী ? থেংখ্রে, য়ানিংদ্রবা ননাওদো ?

অপা— য়াদি য়াজরনি, খিংতং ওইনজরি অখোব।

লম— কদায় ইতাও মসিরা সুনীতি ? ফজৈদনা, করিমত চিংনম্নু করিমত হঙ্গোইম্নু নিংথো মচানি হায়ত্তুন ঐবু কীরিব্রা ? পাবুং হেক নোঙ্গাখিবগ ঐন নিংথৌ নংন রাণী লাও ঐগি ওইদ কম্ব হোরো। ( পমত্তুন গাড়িদ হাপ্পী )

সুনী - ভৌবীমু নজ্বা ইবুংঙো, ঐ ঙমজরোই। ঐবু ফাবীমু, ঐ য়াজনীংদে। পাবুংবু অহল লম্মন্দ হায়হনবীয়ু। ননাই ঐদি মীওং অমনি, অচুম্ব অশেংব নীতিদ পামজবীনি। ঐবু থাদোকপীয়ু, অরেম্বদ য়াথোক্লবনি।

পা— ( বুপ বুপ নঙ্গন্দ ফুংগ ) লমহেনগনু নংগুম্ব নুপীমচান নাম্থোকপ ঙমগদ্রা ? নথরাইদু মাংনিংত্রা হৈজ্রা: অসিন য়েঙ্গাংগুম শেম্মুরা ? ( অনী চংদুন ফারগ গাড়ীদ হাপখি )

সুনী— ( লাওই ) ইশান য়াদে, ঐবু ফারে—খর কনবীরো।

অপা— হায় সুনীতি, করিগি লাওরি ? নরাচবক ফনব লম্বীনি ঐখোয়ন চেল্লিবসি। রাণী ওইদোবগি ঙাইব চৎলিবনি অপঙবী গাড়ী থোবীরো হেক্ক। মচীন মেনবীয়ু মপা শুরাইসি।

Record : শাক্তৈ মখোল, শগোল শরিক অমসুং খোঙথাং মখোল।

সুনী— ইশান য়াদন ফাবীরে, ঐবু খরা কনবীরো।

পা— মা খুৎন ঙকথী চপ্পীয়ু, ঐ মচীন মেঙ্গগে।

অপা— নংগি মীচং কনাসু লৈরোই, অরেম্বদ লাওমু।

লম— অরেম্বদ নথরাই মাংনিংত্রা ? থাংদু কদায় ইতাও ?

সুনী— মুপীদ থোনা ফনু রাজকুমার। ঙক তেক্লে, অয়োইমা! ( খংলাও ) ঐবু থর কনবীরো, মী হাৎলে, মী হাৎলে।

( মরোল শেংদন লাওব )

পা— মথোরীদ থাং মনমদুন খর খর লেনবীয়ু মজা ইবুংঙো। হায় কদায়দনো শগোল গাড়ী নংন থোরিবদো ? শা কৈন থল্লব নারক চীংখোঙলোমদদি থোগে হায়দন ?

সুনী— মী হাৎলে মী হাৎলে, খরাংদদি কনবীয়ু, ঐবু ফাবীরে নিংথৌগি মচা মাইথাব পুকচাওবন। ( খংলাও, খংলেপ ) ময়েক শেংদন মচীন মেনখি।

লম— হায়, নয়ান চৌকনু—অয়ো ! হাৎতোক্লসিরা মসিবু ইতাও ? ঈ য়ায় তারেদা।

পা— ময়া মথৈ শৎলগ মথল্লাইদি খাকসি ইতাও. মশক মান্নব অতৈ ফংলরোই।

স্নুনী— ঐবু থল্লাইদদি—

Record : মী য়ায় ব্বা ব্বা লাওন খায় :
খামখো খামখো, চৎপ য়াদে শগোল গাড়ীহু।

লম— ( গাড়ী লেপ্লগ ) কনা কনানো করিগিনো গাড়ী থাম্মীবা ? নথৌ করি লৈ নুপী চিংবদ ? ঐ কনানো খঙব্রা ? ধর্ম্মপুরগি মজা ইবুংঙোনে ঐহাক। লৈবাকসি পাবুংগিনে, লৈবাকসিদ শাৎপ শীঙেল মজা ইবুংঙো ঐন অপায় থন্দুন হেকপনি নথোয় নথৌ করি লৈ ? শগোল থৌ।

শাজৈ—ভাইখো, থৌব য়াদে। তাশোনশিংহু শগোল মমাংদ চিংহুন লৈয়ু। ঐ কনানো য়েংউ, ধর্ম্মপুরগি শা অভাওব লাকপ শারাক শাজৈ হায়বহু ঐনি। আদ ইপু ব্লায়েন কাতি নিংথৌগি স্না য়াথং পুহুন লেংলক্লি। “মরাল লৈব শারম চৎপ মীবু ফারগ কৈশুমশংদ থম্মু” হায়ব স্না য়াথং য়াওরি। মশান য়াদব নুপী চিংব ধর্ম্মপুরগি চৎনরোল নত্তে, আইন্ন য়াদে ; কৈশুমশংদ লেংশিনব তায় যুবরাজ ওহুরবন্নু।

লম— নোকশিনগদব ব্লানি, মহুদি শাদ হায়রু শারাক শাজৈ, নংন লাকদবদি যণ শগোলংদনি। ধর্ম্মপুরগি চৎনরোল, আইনদি প্রজা মীচম ফানব পুন্নবনি; নিংথৌ অমস্নুং মজা ইবুংঙোদদি

নংগি আইন্দু চংদে—নং হন্দোকউ লম্বী থৎকনু। নমাইন্থদ শগোল শাজৈন কল্লুরা ?

শাজৈ—নতিক করি লৈহুন, মরুমদৈ কোকপদ ভাইরিব যুবরাজ নংন চহি লিশীং কয়া পুন্সিরব প্রজাগি শারাক শাজৈবু উশিত্তব। ধর্ম্মপুরগি অচুম্ব পাম্ব প্রজাশা! লৈবাকী য়াইফনবগিদমক অহাম্ব নিংথৌ মরুমসি ফাও, কৈশুমশংদ থৌ তৌনব, চাবান থানব। প্রজাগি শক্তিবু, মীয়ামগি তাশোনবু উশিত্তব শায়।

লম— হন্দোকউ, হূইগুম্ব নথোয়ন মপুগি মচা ঐবু ফাব মতিক্লা ? শাজৈন থৌজিনব য়াক্লনু, নপুন্সি মাংনিংদ্রবদি হন্দোকউ।

কাতি—(off the mike): ভাইথো, ভাইথো! প্রজাশিংমু মজা ইবুংঙোমু খুং থোকপিখিনু, চীনকাঙজেদে হেনবীখিনু, হন্নুব য়ায়েন কাতি ঐ অমুক্ত চপ্তুন য়েংখিগে।

লম— ইপু কাতি, নিংথৌগি মজা ইবুংঙো ঐন অপাম্ব মুপীমচা অম চেনবদ শারাক শাজৈ মাগুম্বন ফাবগি মতিক করি লৈভম থোকই? ইপা নিংথৌগি লৈবাকসিদ হংচিং নিংথৌ ওষ্ঠরগদৌব ঐন হুনিংতৌব খিৎতং ঔরাইববু আইন্দ করি কায়? অশেংব তাকউ কোংহ্লিং কাব মথৈ হন্নুরবনি নং।

কাতি—কদায়নো মুপীমচাহুদে মজা ইবুংঙো? মমীংন করি কৌই।

মুনী— ঐনি ইপু, ইশান য়াজদন থাং উতুন ভকখি চপ্তুন মজা ইবুংঙোন ফাবীরকপনি। ইমীংন সুনীতি কৌজৈ অপৈব লীচং থরাইন য়াজদে, নগুম্ব থাদোকপীয়ু।

কাতি— তৌব ঙম্নদৌব মানবী অমতুন কনানো ? মান হায়রিবসি চুম্বা নং খুম্মু ।

অপা— ঐগি ইনাওনি ইপু, মশান য়াম্বুন লাকপনি, সুরাইদ শেমম্বুন খুম্বনি—ঐগি ইমীং অপাম্বী কৌই ।

সুনী— থাজবীরুন্নু ইপু, ঐগি ইচেসি ধর্ম্মপুরদ অধর্ম্ম মথৈ পোক-হনবী য়েনবীনি। যুবরাজ মরূপ পাখঙসিগ মখোয়নীন অমত্তু ঙক্ইরগ শিকার তৌম্বুন চাক কৌরগ ঐবু শাগুম ফাম্বন লম-হেন যুবরাজদ পীরকপনি। ঐ ঙক নচ্চদে ধর্ম্ম কায়জদবী মুপীমচানি।

পা— মচৌন থীখ্রবী মুপীমচানি মসি ইপু, মান ঐখোয়বু কৌম্বুন চৎলুবনি ম্না পামদে হায়ম্বুন নিংঙাই তৌবনি লম্বীদ।

কাতি—নচীম্বীমু পাখঙ, অচুম অরাল নমাই নমাইদৈ খঙলে ঐ, নন্না অশেম্ব তাম্বুন কাম্নদে। মজা ইবুংঙো নপাবুংগি ম্না য়াথং য়াওরি লম হেনবীমু। নপাবুংন অরোইব বিচার কোম্ন তৌবীনব কৈশুমশংদ পোম্খাবীরো লেংলসি।

লম— ম্না য়াথংগি চেম্বু য়েংগে ইপু কদায়।

কাতি— ম্না মুহোর অশেংব নম্ব, ম্না সহি অশেংব তৌব ম্না য়াথং-নিনে। "অরানব তৌব মাল্লব খুদিংবু মীশক য়েংদন ফারগ কৈশুমশংদু থম্মু।" শারমচৎ ঙারমচৎ অঙম্বন অশোনববু ফাম্বন চানম্বুন হুজিক্তি য়াম্রে মজা ইবুংঙো। মতমগি ইরাং খংবীয়ু।

লম— কৈ পাবুংন হয়েং বিচার তৌরগ খংগদব লৈ। ঐন ঙম্মগ নখোয়নী নফমদগি ইম্বু গে।

শাজৈ— শামী লান্মী অমস্থং প্রজা ইচিন্নাওশিং! মরাপ লৈবশিংবু কৈশুমশংদ হোইজিল্ল।

স্বনী— ইরাল লৈজত্রবী ঐবুদি থাদোকপিরোইদ্রা অঙম্বা ?

শাজৈ— বিচার লোয়দ্রি ফাওবদি নংস্থু লৈখিব তায় সুপী, সঙ্গগি দোষ, নচেন মরম ওকলমবগি।

Record ; Sad instrumental music ending with shrill noise. মীয়াম লাংই নিল্লি।

ময়াম— ধর্ম্মবিচার পাম্মী—ধর্ম্মবিচার !
মরাপ লৈবদ—মতিক চাব চৈরাক।
মীশক মীমাই—য়েংবীব য়াদে।
প্রজাগি মীংত—উৎ চায়ফদে।

Record : নিংথৌ লেংথোরকপগি বেঙ্গুল খোংব

শাজৈ—লাংবীরন্নু লৈবাক মচাশা। প্রজা চানব, মশাগি ওইজব থাদোকপ, ধর্ম্মপুরগি ইনিংথৌ, শ্রীযুৎ ধর্ম্মবতার লেংথোরক্লে, প্রজাগি নীঙব থুংনব মতিক চাব ব্রায়েন থোদাং পাংবীরনি।

ধর্ম্ম— ঐগি মুংশিরব প্রজাশা! নখোয় অরেম্বদ লাংগন্নু, লাওগন্নু, ঐ হৈনদে! নখোয়গি য়াইফনব অচুম্ব অফব থবক্তো নিংথৌ ঐন তৌবীরক্কনি। লমপাক দরবারশং মমাংহুদ পুংমুক্তং তুম্মিন্ন ফমহুন লৈখো। কৈশুমশং য়েংউরগ, অঙম্বশিংগ ভান্নরগ বিচারগি রায় হায়দোক্কনি। হায়, ফীজাও ইনব নং নকশিল্লকন্নু। থাং লোৎলিব জাৎলা ?

শাজৈ—হন্দোকউনহায়, লম্বী মনাক্ত লৈপকনু, নকোক নোন্দুন লাপ্ন লৈরু।

ধর্ম্ম— কদায় শাজৈ, ইপু কা তন্থ উদেনা, কৌরকউ, কৈশুমশংদ ফাম্বিব তৌব চম্মব ডাকুশিংহু ঐ মশক য়েংগে।

কাতি— ননাই ইপু খুরুমজরি ইনিংথৌ, প্রজাগি থরাই অহেনব। ডসিদি বিচার চুম্ন শেংন তৌবীদব য়ারোইদৌরি, মাইকৈ খুদিংদৈ মী শুন তিল্লে।

ধর্ম্ম— মরাল লৈবশিংবু থাদোক্লন্ব, লৈবাক্ত উংপাত থোকহল্লিব লুট মপীশিংহু কয়া ফারে ?

শাজৈ—অনী অহুম ফারে আজ্ঞা, লৈবাকী অরানব ফত্তবমখৈ মখোয়দন ইল্লিন্দুন তৌব ওইরমলে।

কাতি- থোংনাং অচৌবগি মরা ময়াম শন্দোকপশুম ডাকু অনীথকপি মরীমতা, মচা মনাও, মশেন মবাই, খুড়া মাম, মচেগি মচাগি মামগ পোকমীন্নব মনেগি মতৈগ হৌমীন্নব মরুপকী মরীমতা, বাড়ী সম্বন্ধী ডাক্ত ওইরম্মে আজ্ঞা লৈবাক মাংনব তৌরম্মীবসি।

ধর্ম্ম— অহুদি গুণ্ডা পাম্বী, ডাকু মপী ২। ৩হু য়াম্নংতুন অডাং ওনহল্লগ লৈবাক মরা তল্লে, মুংডাইন পাল্লেদন ইপু। করেদ প্রজাশিংবু মনীং থুংহনব লায়রনি। ঐ মখোয়বু মথক অমুক্তদি য়েংহৌগে।

শাজৈ—হায় কনা লৈ ? কৈশুমশংগি থোডজাওহু হাংদোকউ।

Record : থোডজাওন গে লাওব।

ধর্ম্ম — নরুব কাঁজৈ, লাপ্লপ য়েংগে, কদায় কদায়নো মশক্তু তাকউ।

শাজৈ—নোংয়াই চবুক্ত কৈশুমশংদ লাক্লগ মী হাৎপ লুট চৎপ স্না মুহোর উংলম্মগ থাদোকখিব ডাকু মপীদু মকোক্ত ফীমু য়েৎলিব, মমাই লোংলিব নিপাসিনি, ঙসি মশান য়াজদবী নুপীমচা কপ লাওবা অন চিংদুন লম্বীদ পুরকপস্নু মহাকনি। লৈবাকসিদ শেন চাব, কোৎতগি ফৌ নমদুন কোৎখিব, অপঙব প্রজাবু থাজহল্লগ হাৎপ মীনুথাঙশিংগি লুচিংবসু মহাকনি আজ্ঞা।

কাতি— মহাক নত্রবস্নু মহাক্তী মরী মতা মরূপ মপাং মঙ্গোন্দগি থোইনশিন ফংব ঙাক্তনি। মনাক্ত ফম্মীব ডাকু মকোক্ত রুমাল য়েংপশিন মংগি য়েৎথংব পাম্বোমনি, মমীং লুরাক্তন য়েংবী মশক কুরাক মান্ন ফজবী পায়রুরগ তীল্লাইথোম্বী চুং-দোব মানবী অসিন মমীং অপাম্বী কৌই, ধর্ম্মপুরগি তীঙখাক পুন্নমক মান কোকপ মরূমদৈ ওনবনি।

ধর্ম্ম - থর লাপ্ল ফম্মীবী লৈশাবী ,অসিদি মশক্তি ফজৈ হায়, শাগৈ জাৎ ফারদ্রা? ঐদি নহান মথৈ উদেন অম্নুক পুক্লিং দুবাদ।

শাজৈ—মমীং সুমতী কৌই; অসাই চিংলকই হায়বদু মহাকপূন।

ধর্ম্ম— মাগুম্বন লৌবদ মতিকস্নু চাদন, কনানোনে ডাকু পাখঙ মকোক্ত ফীমু য়েংপ অসিবো? হায় লাইমুন ওনব নংবো কনানো? নমীংন করি কৌই?

জম— ( off the mike ) ঐবু শক থঙবীদ্রনে পাবুং?

ধর্ম্ম— কনানোনে ইপু ঐঙোন্দ পাবুং কৌরীব ডাকু মপী অসিবো ? ঐ মশক লাকশিনব ঙমদ্রে।

কাতি— কনা নত্তে টনিংথো, নজা ইবুংঙো লমহেন্নি।

ধর্ম্ম— মহাক ওইরে, লৈবাক্কী মাংনা পোকপ পাপী, নং ঐঙোন্দ পাবুং কৌরকন্নু, ঐ নংগি নপা নত্তে। ঐগি ইগা ওইরম্মবদি লৈবাক্কী আইন চংনরোগ কায়হল্লম্মোইদবনি। স্না মুহোর করম্ন হূরাল্লি ? নিংথৌগি সহি করিগি শায় ? মশান য়াদবী করিগি চিংউই ? হূরানব চিন্থৌবশিংদ কবিগি মতেং পাক্লুই ?

লম — পাবুং ঐ পাখঙ ফারবনে, মুপীমচাসি ফন ফজবনে, মাগি নিঙাহ ঙম্নব মপা পাবুং ডাকু থর থাদোকখ্রে। করিম্নু লৈতব পোৎনে, মীন ইস্নিনব তাবীরুনো। ইমান্নব মুপী অঙাং মীয়াম্মাংদ লম্বাদ ধর্ম্মপুরগি যুবরাজ ঐবু কৈশুমশংদ লাকপদ শারাক শাজৈন ইকাইব পীখি,হমুব ব্রায়েন কাতিন মতেং পীখি, মজা ইবুংঙো ঐবু কৈশুমশংদ থম্মীবসি পাবুং মহারাজগি ইজ্জৎ মাংহনবনি, মহুগি মতিকচাব চৈরাক পীবিয়ু মখোয়নীদ।

শাজৈ—থব্রাহ কনবীয়ু লাওহুন চংলিবী মুপীমচাবু কনবীব, মরাল লৈতব মীবু ওৎপিব অরানব তৌববু ফাব শারাক শাজৈ ঐগি ইথৌনি। আইনগি মমীৎত মী পুম্নমক চপ মান্নৈ যুবরাজ।

লম— নং ঐঙোন্দ যুবরাজকা হায়রকন্নু শাজৈ। ঐন পাবুংগি মহুৎ

শিন্দুন 'ন'থৌ ওইরব মতমদ নংগুম্ব শাজৈদি থাংজৌন মতুপ মতুপ কক্লগ লংথোকখিনি।

ধর্ম্ম— তুম্মিন লৈয়ু হায়হৈদে। ( শাওন লাওব )

কাতি—হায়হৈদে যুবরাজ, হায়হৈদে। লৈবাক্তী শারাক শাজৈদি অম তেকখ্রবম্ব অম নত্রগ অমন শিনগনি। লৈতব খক য়ারোই।

ধর্ম্ম— হায় মুপীমচা সুনীতি, নংন করিগিনো ঐগি ইচামক্ল লৌগে চায়বদ য়াদ্রিবদে ?

সুনী - ননাই ঐ অরানব চংপ ডাকুবু পামজদে, মরমচং লেপ্তব নিপাদ য়ুম পাঞ্জবোই, মহৈ ফন হৈসমু, মপোক ফন পোকসনু।

ধর্ম্ম - ঙসিগি বিচারসি লুদৌরি, নিংথৌ ঐগি মাই য়েংহুন ' যুবরাজদ লৈয়ু।

সুনী— সুনীতি ঐবু নমৌ ওইবীগে হায়রবদি অহানবদ নজা ইবুংঙো অরানব অমত্র তৌবীব য়ারোই, ঐন হায়ব অফবমখৈ ইনবীব তায়। অনীগুবদি কান্নদে হায়জরোই।

লম— হায়য়ু সুনীতি ইবেম্মা, করিমত চিংনমু, ঐঙোন্দবু নংন লৈবীগে হায়রবদি ঐ অরানব তৌরোই নংন হায়রিবমখৈ ইনগনি।

ধর্ম্ম— অনীগুবতু হায়য়ু তাগে সুনীতি।

সুনী— অচুম্ব অফবত ঙাংবী ঐন হায়ব ব্রান লৈবাক্তী অরোইব রা ওইগদবনি, অতৈ কনামতন ককপ য়াদে।

ধর্ম্ম — মতুগি অর্থদি নিংথৌ ঐগি ইহুং শিনগে হায়বনিনে ? ঐ হিংলিঙৈদ ঙইরোই, রাজবিদ্রোহীন ঙাংগদব য়াবনি মতুদি ঐন নিংথৌ ওইবিবমথৈ শারাক শাজৈ, সুনীতিবু মচীন মেল্লগ কৈশুমশংদ পুন্দূন থম্মু, থাদোকপ য়াদে।

লম — পাবুং মহারাজ অমত্ত ঙাইব নচা ঐবু নুংশিবীয়ু।

ধর্ম্ম — তানিংদে তুমিন লৈয়ু। নঙংচুবনব রাজবিদ্রোহী নংন ইহুং শিনব য়ারোই। ঐ হিংলিবমথৈ নিংথৌ ওইখিনি। ইপু কাতি, ঐগি অমত্ত ঙাইব়ব ইচানশু পিশকসিদ করি চৈরাক পীসি হায়বা ?;

কাতি ননাই ঐদি হনুরে, কোংহ্লিং কারে, থবক তোকচরগে ঐগি ইহুং ওইগদবতুগ তানবীবন ফরগদ্রা ?

শাজৈ - ননাই ঐন ওইজরিব শাজৈসিঙ্গু শুম চারে, য়াশা অনৌব অম শিনবীরে। অজ্ঞা।

লম — তোকনিংলবশিংতু তোকহনবীথ্রা, পাবুং, মহুং শিনবানব হায়রিবমথৈ ইন্দৌব পীক থম্ন লৈয়ে।

ধর্ম্ম — তুমিন্ন লৈয়ু, নন্না লোৌদে রাজবিদ্রোহী। নংগি নতিক চাব চৈরাক্তি শংলিংবদ পীব, অঙাং ওনহল্লুনব।

লম — ঐবুরা পাবুং ? ঐমকপো ?

কাতি — শাজৈ — { করি মুমিত্তনিন ইনিংথৌ ধর্ম্মবতার ?

ধর্ম্ম — মুমিত্তি থর তপ্ন লেপকে অঙম্বশা। ( শোম্ন ঙাংব )

কাতি মুমিংতু থঙদ্রিকাও ননাই ইপু কাতিবু পোথাজথোরা লৈবাক্নী থবক্তগি ?

শাজৈ—ননাই ঐগিম্নুনি ইপুগি পুকচেল অসি, হায়ব ইনগদব অতৈ ধর্ম্মপুরদ পাক থন্ন লৈরমনি।

ধর্ম্ম— ঙসিদৈ চহি ১ হেক শুব মুমিঙগি নিংথৌ ইহুং শিনব পান্মিব রাজবীদ্রোহী অসিবু—অঙাং ওনহল্লু। (ব্লান হায়ব)

লম— নচা মুংশিবীদ্রব পাবুং? অমত্তু ঙাইন নচাহ্ন ঐনে—পাবুং, পাবুং, পাবুং।

ধর্ম্ম— ঐ নিংথৌ ওইনিংই, নং লৈরগ ব্রা য়াম্নবনি. চৎলু ইপু কাতি, লৈবাক্ত লাওথোকউসি।

লম— (off the mike) পাবুং ঐবু থব্লাইদদি কনবীয়ো, নচা নহানে, থব্লাইদদি—(অঙা ওবগুম লাওহৌই)

Record : মীনিন, লাউব, খোংব, বেঙ্গুল।

কাতি—তুমিন্ন লৈরীব্র লৈবাক মচাশা। ম্না নোংদম ব্লায়েন চৈরাক তাকপীদৌরি।

ধর্ম্ম— মুংশিরব ঐগি প্রজা পুম্নমক। ধর্ম্মপুরগি আইন মতুংইন্না যুবরাজ লমহেন লৈবাক কায়নব শিল্লম্নগিদমক ঙসিদৈ চহি অম শুবদ অঙাং ওল্লনি। অতৈ মাগি মতেং পীরম্ন অরানব তৌরম্ন পুন্নমক চহি ১০ কৈশুমশংদ থবক শূব অরাভমদ লৈব তারে। সুনীতি মরাল লৈত্রবস্থ ব্লাঙাং খোনফম্ন থীবগি ঐন হীংলিবমখৈ ধর্ম্মপুরগি ব্লাংমদ লৈরুব তারে। মসিন লোইরে।

Record : Sad music মাতং অম।

( মীহুংথোংদৈ যুবরাজন লাওই কপ্পুনি )

( off the mike ) খরাইদদি কনবীয়ো পাবুং খরাইদদি কনবীয়ো—নজা ইবুংঙোনে।

Record : গীতরন ড্রেং !

---

লোইরব

# তাইবংজাম্বা

## Serial No. 1.

## লীলা মীকোক

### Permanent Characters

১। তাইবংজাম্বা তোম্বেন —aged 45 yrs.
Matric fail, L P. Teacher, optimist, humorous, dreamer, Less Practical, a mild critic of Society.

২। তাইবংজাম্বী চাউবী, about 45 years old
Proud house keeper, Practical, god fearing ambitious, strictly moral, critical of her husband's attitude of life.

৩। ইতাও তুনান, অরাংবুরেন —aged 45 years
Superstitious, keeper of Social customs and traditions, a foil for his friend তোম্বেন।

### Temporary Characters

( Taking turns in their appearence )

৪। কেথবী daughter to তোম্বেন, 4th issue, 16 yrs. a modern spider girl, educated but cowardly.

৫। তোম্বু, the youngest son (5th) —aged 14 yrs. an obedient and intelligent boy, but of delicate health, under nourished————

৬। খোইনৌ: a step son of তোম্বেন —27 yrs. by a mother residing at খোংজোম।

———

# তাইবংজাম্বা

## SERIAL NO. I

*( Lilting low music from a cowherd's flutc is heard)*

কালেন ছুটিগি মুংথিল পুং ২॥• রোম তারে তোলেন তাইবং-জাম্বা মাঙোন্দ তুমই খ্রো খ্রো নাখোক্লুন।

( Record : Snoring Sound moving off the mike )

তোম্বু—( লাইরিক ঔরাইদুনা ) চহি ৪৫ রোম হৌখ্রে, মণিপুরদ পোংচৈ অঙকপ ফংন হোংলম্মী। সনা শন্দা লুপা ৫, মুহোর অমদা ২• দমক পীরম্মী। থর হোংব মতমদা লুপা অমগি ফৌ শংবাই ৩ তৌরম্মী, থর তাংলগ লুপাগি শংবাই অনী তৌ-রম্মী। ফৌ শংবাইদা শিকি মঙা পীব কান্দা চাক তাংবন মী য়াম্না রানৈ, শিনৈ। চহি ৪৫ রোম হৌখ্রে, মণিপুরদ পোং য়াম্না হোংলম্মী, ফজরব শগোল লুপা ৩• মুক্তা পীরম্মী, মীনাই অম কোকপদ লুপা ১৫ তিংনখি, নিপা অমনা হাজিরা শুবদ নোংমদা সিকি পৈশা মরী ফংনখি। চুরুট অহাওব উপুদ পৈশা ৮। ৯ দা থরুখি। ফী ভবোং ভফব অমদ লুপা ২॥• পীরম্মী। চহি ৪৫ রোম হৌখ্রে, তলব লুপা ৬॥• াব, পিওন চাপ্রাসী. দোলাইপাবা মরম্বু ওক্রবদি ময়ুম যুমজাও কা ৫ শাহুন নুংভাইন শেং চাদুম পান্নরম্মী।

সনা লৌব ফংব মীতৈদি পোথাং পূনদে। পুং ইশৈ তৌব নিপাদ মচান্নুপী থাজনব পাম্মরম্মী, মথংদা হন্না ড্রাইভর মুপীন পাম্মরম্ব নিপা।

চাউ— করি লাইরিক্কো নিপামচা তোম্বু নংনা ঔবাইরিবহুবো ?

তোম্বু— ইমা, মণিপুরগি সামাজিক ইতিহাসনি চহি ৪৫ গি মমাংদ ওইরম্ব ফিভম। ইমা নং চহি কয়া শুরে।

চাউ — করিগিনো ঐগি চহিদি ৪০ শুররিনি নং বাজিনা ৪৫ ওইরম্ব তারে।

তোম্বু— অহুদি ঐনা পারিবসি বাজিনা পোকপদ ডাইরিদৈ য়ানি। ফোশংবাইদা শিকি অনা পীরম্মী, হুজিক্তি কয়া পীরি ইমা ?

চাউ— লুপা ৩০ গি মনাক্ত লৈমানে। তোম্বু, নং বাজিসি অমুক্ত হৌদোকউ। মুংডাইনমকম্বু তূম্মেদা তাইবংজাম্বসে।

তোম্বু— ঐ হৌদোকপ ঙম্মোই ইমা, বাজিনা ঐডোন্দ হৌদোক্লক্কনু হায়রম্মী। ( নাখোকপ তায় )

চাউ— লম হেনগনু তাইবংজাম্বগি মচা।

তোম্বু— লম হেনব নত্তে বাজিনা হান্ন হায়খিব ইনবনি—ইমান কোম্ন হায়বনি। অহুগ ঐগি ইপাদ করেম্নহুন তাইবংজাম্ব হায়নু ঐগি ইমাংদা।

চাউ— নপাগি মীচং ওইরে নং, খঙনি। হায়, তারিব্রা কেথবী, ইমাগি ইবেম্মা ?

তোম্বু— চহি ৪০ রোমগি মমাংদা কলিকাটাগি হোটেলদা মৈতৈ লাইরব অমনা পৈশা ৬ | ৭ তিংলগ চাক চরা অম হাওনা চারম্মী। চহি ৫৭ কি মমাংদ গৌহাটিদ কোলেজ তম্ব হোটেলদ লৈব ছাত্রগি মেশ দিউ থা অমদা লুপা ১০মুক্তনা ওক্লম্মী। ( A little off the mike )

কেথ— ইমা ঐবু কৌবীব্রাও ?

চাউ— নং বাজিসি অমুক্ত হৌদোকউ নহায়, চাখিব চাকয়ামক্তনা নম্মমানে।

কেথ— ইমা ঐদি ওসি চাক চংখাম অমত্তা চারবনে, বাজিনা হাখিব চাক প্রাম ৭১০ দি ওইনি, ঐগুম্ব অহুম্না চাব ওক্কনি হায়বা।

তোম্বু — চাক অতুক য়াম্না চাখ্রিবত্ত করিগিনো খঙব্রা ইচে নং ?

কেথ— পূক নোইহনব তম্বিখিবদৈ।

তোম্বু — নত্তে, ইমান চাক চারিইঙদ চাংব জবেং জবেং, মহ তানিং-দত্তুন চাক্ত তায়নখিবা।

চাউ — নচীংথীগু তাইবংজাম্মচা।

কেথ— মুংঙ-ইনবু তূম্মিদা করিগিনো হৌদোক্তোরিবো ইমা ?

চাউ — নং তাচৌত্তুনা শেন্দ্রাদ নতৈমগা ভান্দ্রা চারুনি হায়ব্রা করিনো চৎখিবদৈ হল্লকব্রে চিঠি অমত্ত ইবীয়ু থীন্দন. হল্লক্কব ঐন হুজিক নচেখোয়দা চৎপদা চিঠিগু য়ৌখিনব পীহনখিগে হায়বনে।

কেথ— বাজি, বাজি! চাবগতুম্বগদি ফরিদা ঐখোয় বাজিসে। ইমা হৌদোক্তো শরুক চিঠি ওইরমানে অইব অম লৈরে।

তোম্বু— মহু ইরম্মগ ভূমখিবনি।

চাউ— পাও তাগে চিঠি মরোলহু ।

কেথ— ( শৈরেং ছন্দদা পায় ):

জম জম রা রা ; কুমগি নোং হৌরেদনা ;
য়ুম খিৎত ফোংহৌগে, নীংখি ডমহৌদে কত্তন !

জম জম খদ্রাক খদ্রাক ; লেন তারেদনা
লু কোকপদা ; লৌ ইখোলগি খাজনা, মৈ
ঈশিং মুংশিংকিসু ।

তু খোং পাং কোম, ইরং লংলে ঈশিংনা,
নম্বুল ইম্ফাল ইরিল, খাই পারে ঈশিংনা ।

জম জম রাই রাই, লেপ্প নাইদ্রে নোংসে,
চাউবা শোইদ্রে ঈশিংসি, পোংকী মমলহু
মডাইরে !

থুম্মে খৈদেন করম্নো, চেং চিনি
এঙ্গাং, পোং খুদিংগি মমলন, করি ইচাউনো
সিবো ?

জম জম রাই রাই, পোংকি মমল ইচাউ,
খদ্রাক খদ্রাক হৈথরে, খাজনা ওল্লে লেম্না ।

থুম্মে য়ুম ইখোল, অর-ইচাউদা
তাউথনরে, লৈত লাইরব মথৈদি, স.ন্দ্রব্বী,
ইমাদি থজিন য়োরে ।

শ্রীতাইবংজাম্ব তোলেনসিং ।

তোম্বু— ( খুবাক খুই ) বা: বা: ! ঐখোয় বাজ্জি কবি ওল্লে, ওঝা তোকপ য়ারে ।

চাউ— করিগি চিঠিনি হায়বগেনে, হায় নপাচু খর হৌদোকউনে থেংখ্রেনে।

কেথ— বাজ্জি, বাজ্জি— ও বাজ্জি।

তাই— হায় কনা কনাগি অঙাংনোনে ? মীগি ইঙ্খোলদ নাউরী কাপশিল্লকপা, য়ুমথক্তা তেংবাক লংশিল্লকপসিবো ? তাইবং পান্দে ছুটি লৌরগ তাইবংজাম্ব ঐবু, ওহাক্তং পোথাজবদা হৌদোকপিবসিবু করম্ব। মুংঙাইতব লৈবগে ? ঐন কঙ্গা নখোয়বু কয়া য়াম্ন মুংঙাইবগে ? ঐন, কয়া কুইন তূম্মুরে ? ( তিংলি য়াংলি ) পুকসি ময়েং খর তারেদনা ।

চাউ— মুপামচা অহল যাত্রাদ পীখিনব চিঠি হায়বহু ইবিরব্রাও ?

তাই— হায় কোম্না পীরসি চেতাক্লো, মরম্নাই লাকচরনি, য়ুমদ লৈব হুমাং শৌরহুনা হকচীক লাংব চংখিব ওইরিনি।

চাউ— অদুগা থৈদেন কানব শেল পীরো, নুপীমচা থম্বাল্লৈখোয়দমু ওহাক্তং চংউব তায়। লৈগদব পোৎপূ য়ামখ্রেদা, হয়েং লাইখুরুম্নবা চেংপাক কবোক চুহী, মুপীমচা কেথবীগি ফুরিং কি, নিপাম্মচাগি খুদৈম্মু শেগায়রে, কৌম্মু লোইরে চেং রাল্লকপ তায়, অশায়দি অঙাংশিং মবুক থম্নদব য়াওই।

তাই— অশাই ঐবু য়াম্ন চামনখ্রবাও ? নখোয়বু থাম্মকপ য়াব্রাও ?

( মচাশিংন নোকই )

চাউ— অচুগ ঙসিদি লৌৱ্রাইদগি মী ১ | ২ কারকপা য়াই মুপীমচা মশক য়েংবা, য়েঙ্গাংস্নু থর হাওতব য়াদে, করি ঙানো পীজ-দোবা খঙদে।

কেথ— কনাগি মুপীমচাবুনো মশক য়েংদৌরিববো ?

চাউ— কনাবু ওইদগে নংবু নত্তনা। মরল লৈখ্রে লৌ য়াম্না চায় হায়রি মপাঙ্গু। লম হেনগন্নু। ঐন শিল্লিবসি চাক নবুক থল্লরনি।

কেথ— ঙম্মোই ইমা কান্নরোই ঐ লৌব্রাইদকা য়ুম পানব ঙমজরোই।

চাউ— ইম্ফালদ তল অকংবনা পুকশিংতুন থাংবসি মুংঙাইরিব্রাও ? গাড়ী মুক হোংলবদ করিগি লৌব্রাই ইম্ফালনো ?

কেথ— ঐবু য়োনবগি আশা তৌজনু চোপচনি ইমা, ঐ যণ শগোল নভেকো। ( মখোঙ থীন্দুন চংখি )

তুনান- ( off the mike ) নিপাম্মচা তোম্বু, তাৱিব্রা ?

তোম্ব— ( off the mike ) কনানো ঐখোয়বুৱাও ?

তুনান—ইতাও ইবুংঙো লৈব্রাও ?

তোম্বু— লৈবনি বাজি, লেংশিনবীয়ু।

তাইবং—লেংশিনবিরকউ ইতাও ইবুংঙো, ঙসিবু ছুর্টিরাও—অরাংভম ফম্ব লেংদ্রবাও ?

তুনান—ঙসিদি ইতাগ ষষ্ঠীপূজা অমত্তং লৈ, মচানি, পুং অমরোম লৈরগ চংপ য়ানি।

তাই— অহুদি ফরেদা, ঐখোয় ঈমুংগি অরাংভম অমুক্ত ফম্বিরম্মু শংবিরিভৈদা।

চাউ— তাদ মোড়াদ লেংশিনবিয়ু।

তুনান—করি কর্ম্ম তৌব তারে, কনা লুহোংদৌরে নিপারা সুপীরা? নভ্রগা ফিরোইরা লুগুণ থাংবগিরা?

তাই— হায় সুপীমচা কেথবী! নং বাজিগি চা কপ অমত্তং লোল্লকউ।

চাউ— চিনিদি লৈরম্মরোই, করম্নো?

তাই— থুম্না য়াব, শৌগ্রীরা য়েঙ্খিল্লা পেকক্লা করিনো অমা সেবা তৌদব য়াব্রা?

তুনান—কুমসি চিনিন কেক্ল লোৎপসি কনামতা ফোংব ওমদেদা! ঐগি ওইরবদি তৌহনবিক্লমু ইতাও, মুংশি হিদাক হৌরগ মনা অনী অলুমদং উমগে।

চাউ— ঐখোয়গি হয়েং শনি খুরুম্বসিবু ঐখোয়গি তাদ অরাংবুরেন নেকসিরাও চাউগদবসু নতুনা?

তাই— ইতাও করিগুম কর্ম্মগি পাংৎচং কুঞং তাম্নবসিবু দক্ষিনা কয়া লৌবীবগে?

তুনান—কর্ম্মহুদ অরাংভম ফম্মগ দক্ষিনা লৌবদগি হেন্না বা তাম্নবগিদি লৌদেন ইতাও। ঐবু দক্ষিনাদ দোর চাউই হায়নব্রাও? কৈদৌবৈনো? কয়া চাউহন্দোরিব কর্ম্মনো?

তাই— য়ারিবমথৈ পিক্লব অরাংবুরেনগা তাম্ননিংবনি, লুপ্পা কয়ানো নংন খৈদেন্দা পুগে হায়ববু করি করি লৈনবনো?

চাউ— কেথবীগি ফুরিৎ খি লুপা ৮, নিপাম্মচা তোম্নগি খুদৈ অরাংব লুপা ৭, চেং কিলো ৫ রোম য়াম্নব লুপা ১০, ভা মৈনব লুপা ৫, কয়া শুখ্রে ?

তাই —লুপা ৩৫ শুরে, শনি খুরুম্বগিদি ?

চাউ— চেংপাক কবোক লুপা ৫, কা হৈ লফোই লতং বালভূক শেম্নবা লুপা ৫, করিনো তাদ লফোই লফাং থিৎতং ক্জবদ লুপা অম মখাইদগি তাদে হায়বা ?

তুনান— মতম্নি ইবেম্মা।

চাউ— চুহী শঙ্গোম অতে অয়াং অপা লুপা ১০মুক হায়বীরো কয়া শুরবগে ?

তাই —অহানবগি ৩৫ চুগ অকোনবগি ২০ সিগ ৫৫ শুরে।

তুনান—কাবক কাবক কংপগিদি ফবু ফমনখ্রে ইতাও, মতম্নি। পং-চংদ চংই হুজ্জিক্লাসি, পোৎ তাংবননি।

তাই— য়ারিবমথৈ চংদনব উপায়সি মলৈত্রব্রা ইতাও ?

তুনান—ইচম্না হায়রিবসি য়ারিবমথৈ পিক্কা হৈনা পারবনি। থর দোর চাউব বাবু ভায়াগি ইমুং ওহরবদি চেংপাক চুহীদদা লুপা ৫০ চংহল্লিপোৎনি।

তাই —ইতাওনা নহানমথৈ ফম্বিক্লরিব অয়াংভমসিদি মৈতৈ অপঙব লাইরহনগে তৌবনিদনা।

তুনান—করি য়ানো ইতাও, খোন্দু য়ারেন হোরাইগুম নান লেল্লেদা ইতাওন ছাত্রমচাশিং লাইরিক তম্বীবদ ফেল ওইব, লাইরিক হৈহৌদব য়াওখিবশিংহু ইতাওদ তাইনব

য়াদবগুম্বনি। মরল লৈব নত্রগ তৌজনিংবশিংনা য়াম্ন চানিংতুন য়াম্ন কৎচবনি।

তাই— শিৎত চংহম্নিংব ঐ অমুক্ত শিগুগে য়াগদ্রা য়েংবিয়ো। তাইবং পানবী নং মুম্না তাহৌ, ঐ শেল লৈত্রবনে, তলব ২০০ শুদব ওঝা মচা ঐনা তৌবদ মতিক চাব অমুক্ত হায়জগে।

চাউ— তাজরিয়ে, শকথবীরো।

তাই— রা য়াম্নু ঐন হায়বদা তৌ। নচাগি ফুরিৎ শেগায়রে, খুদৈ হোরে হায়বত্ন দর্জীদগি ফীজেৎ ফজরব নীরগ পুবীরকে, ফজনা ফোৎলগ ইষ্টালই তৌব মাম্নব লিংহনখো, ইকোনো· মিক বেকম্লার্দকী মচেনা শেল ফংলগ লৈব য়াই অহনবা। চেং কিলোগ্রাম অনী, ডামহাইরা, বোগ্রারা খরগ মনামশীংগ লুপা ৫ না ওক্লব শিল্লু, তম্ন খর শমনি নোপ্পবস্থ।

চাউ— মখোই বাজিনে শম্ব তন্দোবসে, অশাইহু কাওবিরত্রা ?

তাই— পংহাপ্ত হাপচিনবা তুংগি য়েংদব নংগি নরালনি। অহুদগি শনিদেব পূজাগিনা ইবুক শেংন কৎলগ লোইরে, চেংপাক শিকি ১, কবোক সিকি ১, চুহী মখাই অম, সঙ্গোম মখাই অম, লফোই মখাই অম পূম্ন লুপা ২ শুরে, কা হৈ বালভুক লৈনব লুপা ১, সিন্দুর কর্পূর, থোইদিং, লা, অতৈ অতৈ অতৈ অরাৎপগি লুপা ১, নংগি ম্বিকসো ভারা লুপা ১গা ৫ শুরে, পূম্না ৫ অনী ১০ সি পুখো। মহুদৈ হেনব লৈতে পেম্মা।

চাউ— মহুদনি মীনা তাইবংজাম্বা হায়নরিবা।

তাই— মতমসিদ হিংগে হায়রবদি ইবেম্মা ঐখোয়গুম্ব চমুংদি তাই-বংজাম্বগি মরা ইল্লো। করি হায়বগে ইতাও অরাংবুরেন?

তুনান—মতুম্ম য়াউ ইতাও, মীরোল থর হুক্তবৈ রাদনি। শাওম্ব ইচনসিদি নরাইবক্লনি, মতম্মা থোকহল্লকপ তাইবংজাম্বনি। হিংব রারবনি মী পূম্নমক, পঙবা কাংবুন অমুক হেম্না রানরে।

তাই— নত্তে, তলব মথাক থর ফংদোব নৈ মতু ফংলব মতমদ মতৌ মালহনসে। হুজিক্তি লাইগি শোয়দনবদ কৎথিসে, থরাইদং হিংনব হোৎনথিসে। মুপী অঙাং থাকপ ওম্মনি হায়তুন য়ুম পাল্লুরব ঐখোয়, চাক্ত চাব হৈব ইচাশিংদ তল মচেৎ অমনী পীরগ মবুক পাযতুনা খাংহল্লিবসি ইকাইরি পোৎনে। খাং-গদবনি, হিংগদবনি, লাকসমু থুদোংথীব কয়', পোৎ খুদিংমক মমঙ্গনা মরেপ থুমসল্প, থোনা নৈরি, লৌশিংনৈরি। অকব মতম লাকপ ঙাইথিনি।

চাউ— কদায়দনো লুপা ১০ হায়বতু পীবিরো।

তাই— অতুনিদন তাইবংজাম্বী। সে সে। হায় শেল লেম্মবদি হিদাক তিকি থর য়াওরকউ, পুক থনব হেঙ্গৎতব ক্বামনা নৈরক্তমুকো।

তুনান—অশেংবনি ইতাও, মতমসি মী পূম্নমক থোক মতোনগি ফি-রালগুম হায়নরবনা অয়াম্বনি। থবক নোমদব য়াদে, হিজোল শূদব য়াদে, অরেম্ব পোৎ নৈফদে, লাইদ য়াম্ন কৎপ পাপ্নি। খিৎতন পুক থনব তমদব য়াদে।

তাই— ঐম্ব মীম্ন, মীতৈসি চাক চাখ্রে, অতুনম্ব থর হেম্ন নংনবনি, পঙবগ।

খোই— রা অমত্তা হুংজগেবা ?

তাই— করিনো ইবুংঙো, হায়য় ?

খোই— মিং হেক্তা পগ্রের, তাইবংজাম্বা তোল্লেন ওঝাগি য়ুম কদায় ওইরবনো ?

তাই— ঐনে করিগিনো ?

খোই— অদুদি খুরুমজরি বাজি ঐ নচানি, লৌরাইদৈনি, বাজিগিদ লৈজরগ কুমসি মেত্রিক থাগে কাজরকপনি। ইমিংন খোংনীং কৌজে, বাজিনা খোল্লম্মী হায় ইমানা।

তাই— কারি লৌরাইদেনো ? নমা মমিং করি কৌই ? ইপাদি কাউরেনা।

খোই— খোংজোমদৌন, ইমান জন্তুবতী কোই।

তাই— চাক তাংবাসিদ হপান বুদ্ধি চেংইরবনরা, জন্তুবতী হায়বা কাউরে।

খোই— কারি রানো তুদি ইমান তাক্লকপগ বাজিনা হায়বিরিবসিগ য়াম্না খেনরে। নপাগিদ ষুংডাইন লৈরু লাইরিক তমতুনা, নখুংতা হামতুনা চারুদোবনি তাকপিরকই।

তাই— অদুদি ইবুংঙো সাক্ষী ওইনা নমাতু পুতুন অমুক্ত হান্ন লাকখো, অদুগ থন্নসি। শাওনুকো, মতম্ননি।

খোই— ফনি বাজি, ডসিদৈ থাখাই অমগি মতুংদ সাক্ষী ওইনব ইমা পুতুনা লাকচগে—ইমাস্তু য়াওন সিদ লৈরগে হায়রব্রা করিনো থগদে, ঐখোয় তুরাংদ চাব তাংহৌরে য়াম্না। ঐ হঞ্জরে।

তাই— হরে হরে। করম্নো ঐবো ইতাও, অশুক কুপ্ন হিংনব লাক্‌-
রিব ঐঙোন্দা।

তুনান—খোংজোমদা নুপীবু লৌরুরব্রাও?

তাই— কাউবু কাউরে, লান মনুংগি ব্রা ওইব তারে; ঐন হন্ন য়েং-
উদ্রনা।

তুনান—থোনা ফনা কৌই নচা ওইরম্নি ইতাও।

তাই— করম্নো ইতাও, চাকঙা চাকঙা। মমাস্থু য়াঙরক্লবদি, ইমুংসি
"চাকঙা" লাওনদোরি!

---

লোইরব।

# নুপী চেনব

## A Children's Play

*for Publicity Department.*

**Men are made in the image of Gods.**

## লীলা মীকোক

—:(o):—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | লৈশঙ—মন্ত্রীমচা | — | চহি ১১ রোম |
| ২। | যুমজাও—ইঞ্জিনিয়ার মচা | — | ,, ১০ ,, |
| ৩। | কৈরেন—দারোগা বাবুগি মচা | — | ,, ১০ ,, |
| ৪। | ভাইটামিন—ডাক্তর বাবুগি মচা | — | ,, ১০ ,, |
| ৫। | শ্রীমতী থাজমানবী—দোকান্দার বাবুগি মচা | — | ,, ৯ ,, |
| ৬। | শ্রীমতী প্রিয়ম্বদ—এদভোকেটকি মচা | — | ,, ৯॥০ ,, |
| ৭। | শ্রীমতী পার্ব্বতী—জজগি মচানুপী | — | ,, ১০ ,, |

মিশন স্কুলগি ছাত্র ছাত্রী ভাক্তি। অশংব অভোব ফিক্কেৎ শেৎলি মান্নবা।

————

# তাইবংজাম্বা

## SERIAL NO. 2

*( The cock crows. Sweet music in devotional tone fades in against which the chirping of early morning birds is hard. )*

তাই— হায় অঙাংশা, হৌরোনহায় নোংঙানব কুইরপোৎনিনে। নমাহুন অয়ুক ঙস্তা হৌরগ মাইবীশেন হুনব চৎখ্রবা ? ঙরাং পাঞ্জিনা কুমসিদি খর নংদৌরি হায়বহু ঙুংঙায়তহুন কোরুব চৎলম্ব য়াই, থাজগনবী মুপী। হিদাক ঙান্থক অমত্তফাওব হানবীনিংঙাই লৈতেদো, ইচা মঙা, ইমৌ অমা লৈবৰু। শনিগি দশা হায়বহু ওইব তায়। ( টিকিহু চারুব মচিন্ন কাম্মগ হিদাকফু :প্রাক প্রোক চিংই ) ( Record )

ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে সমবেতা যুযুৎসবা,
মামকা, পাণ্ডবাশ্চৈব কিমকুর্ব্বত সঞ্জয় ?

ধর্ম্ম খোয়নব লবুক হায়রবদি লাইশং মাঙোবলা তাইবং পুক্লিংলা? 'কুরুক্ষেত্র' হায়ববুদি কারখানা, থবক শৃভম লৌবুক্ত খঙদে লম্বীদ খঙদে। 'সমবেতা যুযুৎসবা' লান পাং অহিংবশিংনা মবুক থন্নব থিররে। 'মামক' পাণ্ডবাশ্চৈব হায়বদি অরৈবস্থ লৈতবস্থ য়াম্ন চাগে খিত্ত শৃগে, কাংবু অমন

খিৎত চারগ য়াম্ন শূরম্মু, কাংবু অনিসিবু কমদোরিবগে সপ্পয়, নমিৎ নাম্বনা Telescope ওইব, নামনা Microscope ওইবা ? হৌগৎলোনে অঙাংশা, ধৃতরাষ্ট্রগুম নমিৎ উইশিন্দুন তৃম্মীবহুবু শিব ঔরায়রিব্রাও ? উচেক রায়া চাকতানখ্রে য়া য়া, ষণ, শগোল, হামেং, য়াও ফাওব, শম্বন নিংথিন খাদব য়েঙ্গাংদি ফব হিঙ্গোল থিব থোক্লরক্লে, নমীৎ নমীৎতু পাংলগ য়েংঙোনহায়।

চাউ— হৈ নগায়, হৈনে ! ঐখোয় হিঙ্গোলসিবু সঞ্জাবুংতু ঙায়রেনে। সঙ্গোমদি চানিংব, শক্তিক্তি থাকনীংদব মী স সহরদ য়াম্ন। লৈবিখ্রেদ। করম্ব অঙাংশিংনো হুজিক ফাওব হৌগৎত্রিব-সিবো ধবক্ল শূনিংদ্রিব মপা লৌবনিন। করিনো ইমুং অমমমগি মচান মরম ওকপন দলাল শানখ্রে, কার তোংনখ্রে, ঐখোয়গিন কোঞ্জেং কোকফ ই ওন্দুন লৈরে। খাজনান তোম্লিব, মীগি মরলন—

চাই— চাউবী, নংবু কদায়দ চৎলুরিবনো অয়ুক ওস্তাদ ? নংন উরকপ য়ুম ন্নুংঙাইব অমদ চংদুনা লৈথোরকপ য়াত্রাও ? করিগি তাইবংজাম্ব তোলেন ঐগি য়ুমদ হনবীরকই ? মীসি মরল তোনভম খাজনা থৌভম, মীগা ভাভমসিদ কৈদৌন হল্লকই ?

উ— ওসি অয়ুক ওস্তা হৌবিরম্মীবসি খৎননব মচাক খুনবী-নব্রাও ?

চাই – নংন ওস্তা হৌদ্বন ন্নুংঙাইব ইমুং উব কোইচৎ চৎলুরিববু নখোয়দো শাওগৎনব করি করি চেং মচং খুল্লকপগে ? ধবক

শূনিংদব মপা লৌব মচাশিং হায়বগি নংন শ্যাইরোং মরু চারোয়দোবগি ববম করি লৈ ? ঐন তনবগি খুদম পীয়ু।

চাউ— হিঙ্গোলগি য়েঙ্ক্ণ নাপী মরক্ত চংলিব মণসিদদি তানবিব য়াদ্রাঃ ?

তাই— মণিপুরগি হিঙ্গোল অচৌবদ লোন্ন চংড়ন চারিব মণ, ইরোই, হামেং য়াওগি ব্লাখল তৌরিভদ নংগি হিঙ্গোল মচাসিগি ব্লাখল থনব শংব্রা ঐবো ?

চাউ— মণিপুরগি হিঙ্গোল অচৌবন অঙাংশিংগি শেংন চানব থোন-বীব্রা, তোল্লিব মীগি শেল ময়াম, থাজনা, ইমুংসিদ হোরিব ময়ামসি লৈবাক কনান মেনবীদোরিবনো ? ( কল্লপ ঙাংই )

তাই— মেন্দোরিব অহোবশিংডু নচীন্দূন জবেং জবেং ঙাংলগ খু-জিল্লকদ্রাও ? মপুরোইবদ ব্যবহার লৈত লৈতন ঙাংলগ শেল চংব হেনগদ্রাও ? ( কল্লপ হল্লি )

য়াই— করিনো করিনো ইমাগ পাজিগন অমুক ওস্তাদ চবোইগ ক্লাক্কগি লাম্বাডু ঐরাইবিসি বো ? লৈত লাইরগি চিক্লবিব ওইরবদি নচা য়াইমা তা ... ভ'সিদি গবক অমা ফংজ্জরক্কনি লুপা ১৫০ মুক চাব কেন ... ইন্টরভিয়ু য়াওজ-রুদোরি ছুরী অম ফুরিং ... হাপ ... রগ।

চাউ— ক'রগি ছুরীনোনে মুপামচা ? নং মী খংনবগি রা য়াম্না তাযকো।

য়াই— ঙসিগিসিদি খংনগদোব নত্তে। ইমান তায় হায়রিবডি ঐ অমুক অনীরক্তি খুংনেক্ত মুপী চেনব য়াওরুরে, হোটেল, সিনেমাগি থাজনা হুনব ঙম্নব।

তাই— ডাইখো য়াইমা, থবক্কী ইন্টরভিয়ুদবু করিগি ফুরিংখাওদ ছুরী হাপ্তুন চৎতোরিবনো ?

য়াই— Appointment boardকী Interview লৌরিব member মডাহ্ মবুক ফত্তে, operation তৌবীগে তৌবনি মতুংদ ফনবা।

চাউ— মবুক ফত্তে হায়বদি ?

য়াই – শেল পীজ্রব মীদদ থবক হাপ্পি, শেল পীজনিংডাই লৈতব ঐদি ছুরী ওইন পীরমগে তৌবনি।

চাউ— লুপা ১৫০ রোম চাব থবক্তবু মুপামচা লুপা কয়া পীজনবগে ?

য়াই— ১৫০ চাবদ ৩০০, ২০০ চাবদ ৪০০ না বাজার দোরনি।

তাই— নংন শেল পীজ্রবগি বাজার দোর হংলিববু পীজসি হায়রা মুপী ? লৌ ইস্কোল বন্ধক থমসিরা, নমা নচাগি নশাদ সনা মচেৎ থর পকইবতু খোকসি হায়রা ? ঐখোয়গী corrup tion co-operative তা মিং চল্লসিরাও ?

চাউ— নংগি বাজিন লৈবাক্কী চৎনরোলগ শিঙনবসিন ঐখোয়গি ইমুংসি মুংডাইথৎতবনে।

তাই— তুমিন লৈয় তানিংদে। চায়খো য়াইমা, ইন্টরভিয়ু য়াওবনি হায়তুন Board কী member শিংতুগি মনাক্ত চংলগ ওক হাৎপদোন তান্ন তান্নতুন হেক্ত থিন্দোরিব্রা মব্রা হংদনা ?

য়াই— বাক্তী অহানবদ Interview গি রাহৈশিংতু নিংথীন খুমগনি। লোইরব মতমদা হায়রমদোবদি হন্দক ঐবু

হাপ্পীরকত্রবদী ঐদী শেল লৈজদে থাও অসী মশক খওবীয়ু, হায়দুন উৎলম্মগ থোরক্কনী।

তাই— ফৈ মতমক তৌদুন য়েংসি নমাগ নচনগগি সনা কায়দৌ-বগি শরুক।

য়াই— চৎলে অতুদি, মঙ্গল ওইজরক্কে ইমাস্থু বাজিস্থু।

তাই— মঙ্গল ওইরকউ চৎলু চৎলু।

চাউ— থামগেদি হায়দন অঙাংদ ইন্সিনবিরিবত্তবু হয়েং হূইন ঙাওরগ হূইবু থি হায়দুন মপা থিরকলবদি মথোয় বাজিবু ইকাইবিরোইদ্রাও?

তাই— ঐনবু থাও পায়স্থু হায়দুন থাম্মগ মণিপুরগি নহারোলন থাঙ পায়বিরোই হায়রবদি থাঙমচা থাঙজো, য়োৎপি, য়েত্তুম, য়োৎপাক লোইনা পোত্থাসম্থু চারগ চা চাত্রগ চাদ। নত্তে, ইংরাজীগি Hungry man দি angry ওহ, লাম্মবদি শাওই হায়বত্থু অচুম্বনে। সংস্কৃতিগিস্থু বুভুক্ষিত কিং নক-রোতি পাপম? লাম্মবদ কম্নম্ব পাপ তৌদবগে? চাব ফংনব তৌব থবক পূন্নমক ধর্ম্মগি মশক ওইরব কর্ম্ম নত্রাও?

চাউ— থিং তুমিন্ন ঙাংবীয়ু, লৈকাইন তারগ তাইবংজাম্ব ঙাওরে, হায়র্নানি।

তাই— মহৈ হৈব, মফম চাউব, মবুক কংলবশিংন লৈবাক্কী কোৎতগি লোম্ন উতোং হুৎলগ ময়ুমদ হোনবদি য়ারগ মবুক থন্দ্রব-শিংন চেংফুদৈ চেং খুয়া অমা "কোৎতুম কোৎকে" হায়দুন কোৎপদি কোৎসন্ন, ছুরী পায়দুন য়েংসম্থু।

চাউ— থবক্না তাংইবা মেত্রিক পাশ কয়া কুইরবনো য়াইমসে থবক ফংলকত্রিবা চহি ৩ হেল্লে।

তাই— থা থা থাবুংতোন থবক অমত্তদ থাদবিরকউ হায়দুন মবুক থন্দ্রব নহারোপন মমীৎত মপি তাত্তুন ভায়জরে। উচিন নাচিন্না কেরণী নত্রগ ওঝা অমা শাংলে। হাপ্প কান্দ ধর্ম্ম অমত্ত য়েংদবমথৈ, মতিক চাব চাদব খুদবমথৈ ইনাকখুনব শেল পীজব ভম্বদ পীয়ু নত্রগ দুর্য্যোধণগি শাগৈদ পীয়ু হায়-বসিবু লাম্বব কনান ছুরাগি মক্তেং লৌদব ভমদগে?

তুনান—( off the mike ) ও মুপীমচা! নং বাজি লৈত্রাও?

চাউ— লৈয়ে তাদ, লেংশিনবিরকও।

তুনান—( Nearer the mike ) ইতাওবু লৈকায়গি মাওব থনব চৎলোই হায়ব্রাও? মখোয়গি হয়েং লুহোংদোব অসিদি মণিপুরগি গাড়ী পুম্নমক বাহরে, ডিমাপুর, মোরে, টিদ্দিম রোড বস অমত্ত চৎলোই হায়বিদা। থবক য়াওগদব নত্তে, কুম্ম ডাহাক্ত য়েংউসিদনা ইতাও?

তাই— অত্তুক শেল চংন হোংদোরিববু ঐখোয়ন free দা মাওব থনব য়াওব চুমব্রাও? শ্রাদ্ধগি চংদব য়াদবস্থু নত্তে। মখোয়গি অরাংবুরেন্দি কনান ওইখ্রে? ইতাওদ হায়ত্রাও?

তুনান—ঐদি ব্রানোমগৌদত্তুন শোইহোরে, ডা চরা অম কৎলুত্তুন লৈতানথেম অমুকাত্রাংন ফমখ্রে; ক্কা মনা কবোক, দক্ষিনা থুরদি ফিরৈদা মাংখিনি।

চাউ - তাদ মতম অমা ওইন তৌরে। মেট্রিক পাশ তৌজম্বব নচা য়াইনতু হুজিক ফাওব থবক ফংদেৱনা চহি অহুম য়াক্লে শেল পীজদবদগি।

তুনান—ইবেম্ম মতমনিদি হায়ববু হুজিক্কাগি নহারোল লাইরিক ময়েক চংলবশিংসি কান্নদৌব মহৈবু ইতম তম্নদ্রে। মখোয়গি ডাক্তোর, ইঞ্জিনিয়ার, ফোরেষ্টার, বারিষ্টার, এগ্রি-কল্চরকা হায়বতু ওইখিবদি খরদনিদো অতৈদি চন্নভম লৈতবনে। ওঝামচা, কেরাণী মচাসু চহি খুদিংগি হাংলকউ হায়বদি য়াদবনিনা। পুং ইশৈ, সনা শাব, ফুরিৎতুব, কোনশূব, থাঙ শূব, য়ুমশাব, ব্লাইতৈব থবক তংতন হাংব-শিংগিদি ইতম তম্নদ্রেদো সাহেবকি ফিজেং চাকচা পাম্ন-বদগি।

তাই— মানি ঽতাওে, মহুসু চুম্বজাংনি। লাইরিক হৈনব তম্নদে অয়াম্বা ছাত্রনা করিগুম্ব পাম্বেন সার্টিফিকেট ফংলগ লোহরে অতুনদি পাশ তৌরগ করিমত হৈতে। ওঝা, কেরাণী হাংদ্রবদি নহারোল থবক শূদ্রে, "থা থা থাবুংতোন থবক অমত্ত থাদবিরকউ" লা ওতুন লৈরে, কুরুক্ষেত্রগি মশক ওইরব তাইবংপান্দ থবক অম নত্রগ অম তৌদবদি য়াদব-নিন দুর্য্যোধণ দুশাসনগি পার্টিদ নত্রগ গদা পার্টিদ মিং চল্লুরে লৈবাক্তু ঈ তাহন্নব মপী শিন্থহন্নব মতু শোনবশিংগি।

চাউ— মরম্নাই থবক লৈত্রবনিন মীন নেক্লব ডায়তুন লৈরে: লম-জাওদ লাওব চংনুরা ভোট মিটিং য়াওরা, কনাগি য়ুমথক্ত নুংতুম্ন থাওগে, থাঙ পায়কসিরা, নুপী চিংউসিরা?

তুনান—ঐখোয়ন কান্নব থবক নেকপদি য়াদে নহায় যাত্রামা নংবো ঐখোয় তোম্বদ মমান্নব থর হৌক, মাঙ্গোন্দু থরা ফল্লাং থারগ ব্রাই তৈমিন্নব, চাক কোগে হায়য়ু, মথক্তি ঐ কুপচরগে হায়বব্ অহুগুম্ব অচোপ্প থবক তৌমিন্নসি হায়রব আজ-কালগি ইমান্নবশিং ইকাইবদৈ কনামত য়ারোই হায়নে।

তাই— চাক চাব, য়ুম পানবদংগ ইকাইহনবিরবদি আজকালগি নহারোলশিংসি থাগৎনব য়াদৌবনি। অঙকপনি ইতাও, তাইবং মীন মুংঙাইন হিংনব নাপী ফানব, শিং য়ানব, ঙা ফাব, লৌ উব, অমোংপ শেংব, উ শূব, থাঙ শাব, ফি শাব, য়ুম ফোংপ, লম্বী শেম্ব, নূং হোনব— — —... — — —...

করিগুম্ব কান্নব থবক অমত্ত অচোপ্প শিল নত্তে। চৌকীদ ফম্ব ; চে শূব, খোংপ্রাও শেংপ, নেকটাই পুনবন, থবক হাপ্পদ শেল চাব, ব্রাথোক্নবগি বিচারদ মীচং চংনিংবদ চংবন অরেম্ব ওইদে, লাইরিক্তি ফর ফরব র ফনা তাকই, ফত্তব-মথৈদ থন্দুন হৈখিবা নহারোলসিবু করম্ব লাইমুগি পার্টি ওইদৌরিবনো ?

তুনান—হঙ্গাম কোবী পাম্বী অমদ, শিকি মথাই লুপা য়োৌরব মতমসিদ ঐখোয়গি হিঙ্গোলহুদ থবক লৈত্রে হায়হুন ঐখোয় নচা তোম্বদো যাত্রামা, থবক য়োনব লোইশং অমা লৈরিমানে, মহুদ নিতিগি থবক নিব কারিবা, সাহেব অমত্ত ওইহনবীমু হায়হুনা।

চাউ – ঐখোয়স্নু য়াইমন্থ ওসিদি থবক পীদ্রবদি ছুরীন থীম্নি হায়ন চংশ্রে।

তুনান –অওইব্রনে ইবেম্মা ? ব্না থোক্লরকুন তোক্লরনি। নত্তে, ইতাও তাইবংজাম্বখোয়ন ওঝা ওইবিন্থন লাইরিক তম্বিরিবসি, থবক ফংনব লাইরিক মরৈত্রবা ? থবক ফংদব মেত্রিক, বি এ, আই এ সি মশীং য়াম্মেদা ! ছাত্র মচা মাংহনবসি ব্নাদি ব্নারৌম্ন ইতাও, ঐদি ওঝাশিংদ তাইনিনংঙি। করিগিনো মখোয়ন শেল অন্থক চংনা, চহি অন্থক মাংন পুক থল্লোইদব লাইরিক তম্বিবসিবো।

তাই— চুম্মী ইতাও, আজকালগি লাইরিকসি অয়াম্বদি অঙাং ওই-রিঙৈদ লিংলম্ব ফুরিং ষষ্ঠী পূজাদ হাপ্পন্থগুম্ব হুজিক্ক চানদ্রব য়াম্ন য়াওরে। ওঝা কেরাণী ওইনব অকক্নব বার্তোনগি মী থরগি থাকপ কা হৈ দক্ষিনান্থ বার্তোন য়াওদন লাকপ ভা-বোক্ক য়াম্ন য়েনখিন্থন কোম্নদবগি ভাবনি। মন্থ ইতাও অরাং-বুরেন্দ তায়নব য়াদে, ওঝাশিংদ ঙাক তায়নবস্নু য়াদে। পুক থন্দব য়াদব ছাত্র খুদিংন মতমগি কাম্নরিব শিল অম নম্রগ অমদি পাক্কা তান ঙৈনব তম্নদব য়াদবনি স্কুল কলেজদ তম্বিদ্রগ য়ুমদ লম্নাই ওইনা। অঙাং খুদিংগি মকোক্ক হাঞ্জিনব ভাবনি ইতাও ! কাম্নব থবক খুদিংমক অরেম্বা ঙাক্লনি, চোকীদ ফম্বন ঙাক লেম্ব নত্তে হায়বসিনি।

তুনান— মানি ইতাও, তাইবংপানসিদ থবক্কি থবক ঙাক্লনে।

তাই— ধর্ম্মগি মশক ওইরব কর্ম্ম ক্ষেত্রনে, থবক য়াম্ন লৈখ্রপোৎনে, খোথোংপ অরেম্বা থবক ডাক্ত, জাপান, ইংলণ্ড, আমেরিকাদস্মু।

তুনান— নহারোল লাইরিক হৈবশিংসে মখোয়ন তারবদি শাওনি, চন্নভম শিজিন্নভম লৈতবনে; থবক হৈতবদি লাইরতুন মবুকচেল অখোইবদো, নেকটাই, খোঙ্গুতাও অচোনবদো শজিক ফানব, ব্লাই তৈবদ, লৌ খোইব উ শূবদ অচোপ্প থবক্রি খনব সম্মী কোক্তুন শজিক পীজবদ মতিক চাবদি। লাইরিক হৈব ডাক্ত লৈব লৈবাক্ত কনান লৌ উই, ডা ফায, ফি শায় ?

তাই— অপঙবমথৈ পুক থন্দন হিংসন্ন !

চাউ— অতনবমথৈন তীন ফাত্নন চাসন্নু।

জম্বু— ( off the mike ) ওঃ ব্রা অমত্ত হংজগে। তারিব্রাং ?

চাউ— ( off the mike ) করি ওইরবনো ?

জম্বু — ওঝা তোলেনগি সঙ্গ য় ওইরব্রা সিবো ? ( nearer, mike)

চাউ— মানে। ( nearer whisper )

অতোম্বী হায়বত্ত ওইব তায়, খঙনি, শঙ্গায় থীব লাকপদ শঙ্গাই পীজগে।

তাই— শান্তি চাউবী, অহিংসা, তুমিন লৈয়ু, ঐ ফনব তোগে।

Mild music suddenly ending in a crash like the thunder )

জম্বু – চহি ২০ শুরব মচা অহুম পোক্লব নিপাহুবু মখোয় বাজিনা

অর্জ্জুন শারত্নন ইকাইব পীবিরকপদি করিগিনো ? "নশক খণ্ডদে, নমাহু পুরকউ সাক্ষী ওইনব ব্রভ্রুবাহন" হায়খিরকই হায়বত্নু অচুম্ব ওইরব্রা ? ( Harsh tone ) খোইনীং হায়ব মীংত্নু অদোম্ব থোল্লম্বনে মহাবীর, সতী চিত্রঙ্গদা ঐনা লান মনুংদ খোংজোম খুন্দ পোকচবনে। চাকথাক পীবিগেরা, থবক থিবিগেরা মতিক চাব বাবু অমা ওইনবা।

তাই— শাওগৎকনু জম্বুবতী, নিপাম্মচাত্নু য়াওরকত্রা ?

চাউ— চহি ২৭ শুরব নিপাম্মচাত্নু নহান মশৈদি লৈ হায়ব তাদেদো ! ঐস্থু লুহোংলগ লাকপনি য়ুমসিদা। ঐগি নিপা মচা অহলত্নু চহি ২২ শুরে।

জম্বু — ইবেম্মখোয়ন লৈবাক্কী থবর লোদনা য়ুমপানব হানখিবননি, নখোয়গি লুহোংবগি কবোক্তু তোনা অমা খোংজোমদ য়ৌরকই, নিপাম্মচাদ পীজংবু কর্পূবনা থায় হায়ত্নুন চাউ য়াখিদে। লান মনুংদ বেদ পার্টি লতত্নুন লুহোংব য়ৈথোকখিবনি, ওসি ঐস্থু হাংব তারি শুমাংসিদ। ঐখোয়ন অপওব তায় হায়ত্নুন তোকপনি, ইস্ফালসিদ লুহোংবসি ইকাইনদত্নুন লেমনরিবোইরে।

তাই— শাওগৎকনু খোইনিংমা, নংস্থু যাত্রামা, অঙাংশিং তাখিনি থংনব ফজদে, য়ুম নিংথিন পান্নব, অঙাংশিং থবক ফংনব ইংন তান্নসি। হৌখ্র্য ব্রান খোইদৌদ মোরোক শাহল্লগ

কান্নব পোৎ নত্তে। নংগি কুমশি ফৌদি কয়া হাপচৈ? লৌশীঙহু কায়দেকো?

জম্বু— লৌ পরি অমদি অঙাংগি থবক থিনব য়োনখ্রে লিশীং ৬ তা, কুমশিদি ফৌস্নু ফৌবোৎ ১০০ দরক হাপ্লি। লুপা লিশীং কয়া চংলগ নিপাম্মচাসি সাহেবমক নত্রবস্নু বাবু অচৌবনি হায়ব য়াব থবক অমত্ত পাশহনবা য়াদগে?

তাই— হায় চাউবী, চা থর লোল্লু, চাক চারক্কত্রা থোংহনসিরা, নিপাম্মচাহু কে স্থোংদ লৈহৌত্রাও? নহান অমম্বদ মশকু উহৌদ্রে, কয়া মুংঙাইত্রে। ঐ কৌশিল্লুগে কদায়দ লৈহৌই?

জম্বু— ইকাই হায়হুন চংলকউ য়ারোই, কোস্থোংদ ফমহৌই।

তুনান—ইবেম্মা, পাখঙহুদি করি পাশনো?

জম্বু— খুড়াবু মেট্রিক ফেলনি। লুপা কয়া তিংলগ মখোয়গি সার্টি-ফাইহু লৈব য়াদগে?

তুনান—সার্টিফাইগি বাজার দোরসিদি ইতাওগ তাম্নরগ থোক্কনি শেলবু লৈরবদি হা ইবেম্মা যাত্রামা?

চাউ— লুপা লিশীং অনী অহুম পূরগ গোহাটিগি ঝালুকবাড়ীদ লৈব ফংই হায়ত্রা ঐদি মুম্ন খঙদে তাদ।

তুনান—ইবেম্মা থোইনীংমা নংস্নু ইম্ফালদ হোঙ্গৎলক্লোদনা?

জম্বু— ঐদি চান্নন হোঙ্গৎপদি লৌ শেম্নবিনিঙাই লৈতে। নিপা মচাসি ফৌবোৎ ৩০মুক্ক সার্টিফাই লৈনব লুপা লিশীং অনীগ থনস্নু তারি মেট্রিক পাশ তৌদ্রিব ফাওর্ব।

তুনান – লৌ অহুক য়াম্ন চাব, থবক শূভম অহুক লৈবহু থাদোক্লগ তলব চাব বাবু ওইনব হোৎনদৌরিব করিগিনো ?

জম্বু— খুড়া, মুপা মগাগি মুপীহু মচা অহুম থনম্মগ লৈখিদ্রে, ইম্ফালদৈ লৈশাবী অম থিবিব তারি ; ইম্ফাল মুপীনদি তলব চাদে বাবু ওইদে, দোকানৈদ শোৎতুন হিংদে, লৌ মরম্নাই উজরগ ফোবোৎ ১০০ খিন্দুন চায় হায়রবদি পাম্ন-ড্রিয়ে, অহুনানি খুড়া।

তাই— ( off the mike ) হায় চাউবী, চাক থোঙ্গৎলু য়েঙ্গাং হাওনা, নচা উনিংই হায়বহু লাক্লে য়েংলরো। নচেহু চা পীথক্লব্রা ? ( near mike ) হায়, নফি নরোল হোং-দোকউ, নং শেঙ্গাওহু ননাওবু উপুদ থমহল্লু।

( Sweet music fades in )

---

লোইরব।

# ঐন খ্বাইদৈ পামজব নিপাদুগি শক্তম।

*Date of broadcast: 14th July '67*

*(Magazine Programme)*

ঐন খঙ্ঙরিব নিপাসি য়ারী কঙ্জব মতেক অম ওহাক্তদ শাহন লীব ওন্সি মীবু থুংঙাইহন্না। মীগি মতৌ অদু পকই, মতম পি ঈচেলগ ইরোইনন চৎপগি মথৌনা লৈ, মীওোন্দ অয়াব থুংঙাইতব উহন্দে, নোক্তুন খেতুনদ লৈব ওট। চহি ৭০ হেল্লবদা ময়া ফরি—, পোক য়াম্না কাপত্রি। মমাম্নবন মালা পায়বা, তীর্থ চৎপ, নাম শোনব, ভাব য়াওদে; অরেম্বদ মতম মাংহন্দে, নহাওম্না শেৎলি লিংলি, থকপ চাব ওাওব, নহারোলগি পার্টি পূম্বদ মহাক সঙ্গ তৌব ওন্সি, শিব ওাইদে, চংচং হিংই চহি ৮০দম্মু। নিপাসিগি মমিং য়ারেংবম চীনথোক হায়রগ খঙবৈ, অশেংবদি কাউনখ্রে।

চীনথোক্ত অঙাং ওইরিঙৈদ নোংম অয়ুক নোংময়ক্ত ইচোৎ চোৎন পাঠশালাদ লাইরিক তম্ব কায়, অনীওবদ তম্মি। মকোক্তু শ্লেট মথক্ত লাইরিক্র খলগ ভুপ্পি, নোংন জম জম, মান তপ্ন চীংলেমন চৎলি, মশাম্মু লাইরিকস্থু পুমচোৎনি। লম্বী মপান, পোৎক্ষম, দোকানশঙ ময়াদ নোং থুপ্নরিব মমাম্নব হান্ন মচাশিংন জা জা নোক্তুম লাওরকই — "হায় চীনথোক নোং থুপ্নখোনহায়, তীম্প্রোক্তোর

চৎলিবহুৰু করিগিনো অপংবা—লাইরিকস্ন নশাস্ন চোংলে নহায। ” মান খুন্নকই থুপচরোই অশিংবশা য়েগনব বাজিন লৈব লাইরিক্কি, চোংচসন্নু, ইশাশিন ভাংগনবী ইমান পাঙপীথক্রন চাওরকপানি চোংচসন্ন — ঐগি অমত্ত ংত্তে। ” অহুম চংখি শামুমচাহুম নোমহৌ নোমহৌ, ময়াম্ন জা জা নোকহৌই। মমাম্নব পেন্দব অমন লাওরকই অমুক “ নংন লোক থুংলবদি লাইহৌ হৌরবাদ নখোয় বাজিগ ইমাগন লোক খুবিগদ্রা অক্ম নিকপিগদ্রা অপঙবা ও ! চীনথোক্ল লেপ্লগ মমাই ওনসিল্লক্লন লাওরম্মি, ” নাবু নাবিরদি কেৎলে ইবুংভো, লাইরিক তম্ব কাবিরোই, কমুংদ মুংভাইন হিপ্তুন বাজিগ ইমাগা মথরাই রাহল্লগ লৌইরে। নখোয় অশিংব নো° থুপহৌ, থেংলগ ওমান লৌচৈন চানবিনব। ” ময়াম লোকহৌরি, মাদি স্কুলদ কাখ্রে তীম্নেক্লুম পুমচোং। মহাক উবদ ওমান নং নারনি ছুটি, নয়ুমদ হল্লো হায়রহুন, মোমোন নোক্লন হল্লক্লে। নোং খর হাংলহুন শংদ থুপ্নরম্ব অভাংশিংহু মুকথ বী পাইথোকলকপগুম স্কুলদ পাই শল্লরক্লে। লম্বীদ ওক্লবদ মান “ অশিংব নখোয় চৈ অহাওব চাহুন লাইরিক মুংভাইন তমহৌরো, অপঙব ঐদি হনিং তম্ন শাম্নক্লরগে। ” হায়রম্নগ ইশৈ ভংহুন ময়ুমদ হনখ।

পাথং ফারে, লাইরিক্কি হৈহৌদে, রাবেং রারী শাহুন লীব, মীন য়ানব চৎপ হৈবদদি মমিং চৎলে। মমাম্নব অম মখোয় লৈকাই থংনবদ লৈবী লৈশাবী অম শেম্মিদব য়াদে হায়হুন কপ্পরে, কন কুইন য়ারমদে, ১০নী চংন কপ্পবহুদা লাইবক য়েংগে হায়রে। অচৌ অশাংগি ইমুংহুদ খল্লহুন মহাক্ল সগোল শজিক ফাল্লে, গাড়ী শোংব, লৈপল থোমব, হোজংশাব য়াওরে। লৈশাবী

মমা মচানম্ব ব্বারী ব্বাঙাং নুংঙাইবগি মাবু লুন তোরে। থা ১০ শুন ব্বাজরকপগি মহৈন থৌরাণী জন্মদ লৈশাবীদু লাইখুরুম্ব হি-য়াংথাংদ চংলুসি য়ারে। লোরী খর লৈরে মতমদু মণিপুরদ, হি-য়াংথাংদদি থৌদন লোরীদু শুগম্বুরোমদ চংহনখ্রে, নিপাদুদ শিন্নদুন। চীনথোক্ত মীন য়ৈবিরম্ব মান্নব মশাদু চৈফম লৈহল্লে, উফুল ব্বাইফুল তৈশিল্লে - য়ুমদ তাকউরে। থিনবদ খঙদনব লম্বী লাম্ন মোইরাংলোমদ তাক্তুন ৫নী থিব খঙত্রে। ৫নী মতুংদ থোরক্তুন মচীন হংনবদ মবুকফবী নুপীদু পাখঙগি মমাই ঙাকপিদুন অদুম লৈখ্রে। অরাইব চীনথোক নত্তে, মান চপপু য়ুংন নীংখ্রবদি ফব ফত্তব খঙদে পাংথোকপ ঙম্মি।

মী অথন্নব ১০মুৎ ইনাক খুনব অরিকপ অমন শিঙ্গ, ফোশুশং শাব য়াওহল্লগ চাক কৌথি। ১০দুদ চীনথোক য়াওরুই। শেন চংদনব হোংনবদ য়েঙ্গাংদু হাণত্রে, অতৈদু ইকাইনদুন হাওই হাওই হায়নৈ, চীনথোক্তি হাণতে হায়রে, ঙহাক লৈতন, ইরোনবদ ঙক্রা ঙম্মু থাকত্রে শরেং মশা নারে, হব্বাই থোংবদ থাও নিংথিন ভোত্রে হায়দোক্কে। ইকাইরব ইনাক খুনবন "ফাগীমক্তি হৈদা ইবুংঙো চীনথোক, নহান থবক ইশূ শূখিদ বনিন চাক ইচং চংত্রেনে মাদ" হায়জরকই। চীনথোক্ত খুম্মি, "থবক কন্ন শূখিব ইচিন্নাওশিংসিগি চাকলুক্ত য়েংবিয়ু, শরেং থোংব থাবৈ অমমম হাপ্নদু মচি ইলেং লেংনত্রিবসিনি। চাক অমুক হনবিয়ু হায়দুন থর লৈরগ অমুক চাক নমদুন চাখি ময়াম নোক নোক্তুন।

চীনথোক চহি ৩০ শুরে, নুপী ৩ থায়নখ্রে। ৪শুবদু ব্রাহ্মনী ইশৈ হনবী, মমিংন শকহেন কৌবী মমিং চৎপীদু লোগে লেপখ্রে।

মুপীগি মরাদি তাদ্রি, লৈশাবীনি ২রক ৩লক্তি চেল্লুরে হায়জিনবী কল্লকপশিংন, সাক্ষীসু লৈতে। য়ুমলোন্নব অমদ ব্রা থংলদুন নিংথৌগি মজা ইবুংঙো শারদুন মুমিদাংব্রাই শগোল কাক্ক ফজখ্রব অম তোংলগ য়ুমলোন্নবগিদ ৩ | ৪ রক ফম্মে। শকহেনসু অমুক অনৌরক কৌরুদুন ব্রারী শারে, মাল্লে নিংথৌ মচা মতৌ মওং ফিজেৎ চাকচা। অচাওরম কাব পাম্বী শকহেন মোইরাং থোইবীগুম ফজখ্রব শগোলদু তোংব হৈরগ থৌনিংখ্রে মুমিৎ অদো ; মজা ইবুংঙো চীনথোক্ক তম্বিগে হেক্ক হৈনি হায়দুন শগোলদুদ থাঙ্গৎতুন তোংহল্লগ লম খর চিংবিরম্বদৈ মহাকসু পৃথ্বিরাজগুম তোংখৎখ্রগ মমাংদ সংযুক্তা থমদুন চেনখিবগুম শগোল থক্ক চেজেৎ তোংমিন্নরগ থৌখ্রে তোর্বুং লোমদ। অকিব ফংন য়াংন থৌখ্রে কুদ্রুং কুদ্রুং মুংদাং ককচেং চৎপ উরব থাবলদুদ। হোয় লৈরগে হায়দ্রিফাওব শিমিন্নরনি হায়দুন থৌরবদুদদি লৈতব য়াদদুন শিব কিবি শকহেন চীনথোক্ক লৌন্নাই অরাপ্পদা লোৎপ ৫নী শুরে। চান্নরগ ইম্ফালদ কারক্কুন ইশৈ হন-বীগিদ পুংয়ৈদন তুংইনব ওইন লৈরে, বাসক খুবাক ইশৈদ অথাব শেল খুনব ওইরে। চীনথোক্ক লৌরবনি হায়দুন ব্রারী শাব কন-বদগি মুংশিদব লৈকাই মৌয়াম্ন মৈতৈন ব্রাহ্মনী লৌরে হায়দুন বেরা তৌরে। ইশৈ হনবীন শাওদুন "নথৌ লৈতে" হায়রুবদগি ব্রহ্মসভা য়ৌনরে. নিংথেমদ ব্রা কৎনরে। নিংথেম্ন শগোল থৌবদ হংলে, "নং কয়ুম্নো, নমিং করি কৌই ? " চীনথোক্ক "ননাই ঐ লক্ষেমতাবম্নি—ইমিংন চীনথোক শর্মা কৌজৈ।" ব্রাকৎলরিব অহল নহা ময়াম্ন, "নক্তে আজ্ঞা, মচীস্থীবনি, মহাক্কী য়ুম্নাক্তি ব্রারেংবম্নি" হায়রে। চীনথোক্ক ময়ামদ হংলে, "ঐগি ইপা ইপু, পারী পুরী

অমুক্ত তাকপিয়্ খঙবিরবদি ? ‘‘ময়াম্ন খুম্ব ঙমদ্রবদ নিংথেম্ন মঙ্গোন্দ হায়য়্ তাকপিরে। চীনথোক্ত খুমখি-‘‘ব্রারেংবন মিংখু্ পোকই, মিংখুন লৈতং পোকই, লৈতংন নাত্রং পোকই, নাত্রংন নিকটাই য়োকই, নিকটাইন থম্বৌ পোকই, থম্বৌন খোদোন পোকই, খোদোন্ন তোনা পোকই, তোনান শাজৌ পোকই, শাজৌন খোম্মৈ পোকই, খোম্মৈন ননাই চীনথোক ঐ পোকই। নিংথৌন হংখ ‘‘নংগিহু ব্রারেংবমগি পারোন পুরোন থারিব নত্রা ? ময়াম্ন লাম্ন খঙবিবনি আজ্ঞা, ইবুধৌ নিপানশুব নাত্রং হায়জখিবহু মচা নিপা পোকখিদে, মাগি মরূপ লম্ফেনতাবম আজ্ঞা গোষাই শর্ম্মা হায়বহুগি মচানিপা ৭শুব নিকটাই হায়ব অম য়োকখি, ননাই ঐ নিকটাইগি মশু শুথাং ৭শুব লম্ফেনতাবম চীনথোক শর্ম্মানি। থাজবিদ্রগ বামোন খুন্থোক লোনগি লামাই ৮৯ শুবদ ফাক্লগ স্নামিংয়েং তাবিসি আজ্ঞা। নিংথেম্ন মতৌহুদ পেল্লহুন চীনথোক শর্ম্মান শকহেন দেবী লৌব য়াই, শাগৈ হায়বসি চঙংনব ঙাক্সি হায়বিখ্রে।

থৌরাণী ইশৈ হনবীহু চৈরাক কল্লি, আজ্ঞা চীনথোকপু মান লোইব হুইগুম শান্নপোংকুম খুহুম চন্দূন থম্ব পাম্মি। মনীংতম্ব রাইশংব হৈনব চীনথোক শর্ম্মান হৈনরকত্রে, চহি ফাবাংত্রিভৈদ মহৈ মহৈ মরাল খিহুন লংনরে। হুহার চংপাদি মমিং লাওথোক্লম্মে, খোম্বাংবীদ ক্বা লাল্লম্মি, খোমদোন লংবীদ অথাব শেল থৈরম্মে অসিনচিংৰ। আজ্ঞা চীনথোক্ত শকহেন্দ ‘‘নংন শেল থারব পাখঙদ, পুংয়ৈবদ মিংচিন য়েংবদি য়াত্রাও ? হায়হুন খংনরে। সন্ধ্যাদ মপোং মচৈ চন্দোল উপু য়োম্মগ ব্রাহ্মণ ওইব তোক্তুন ব্রারেংবম চীনথোকসিং বাসক ঙংহুন ময়ুমদ হল্লে।

চহি ৭০ ফাওবদ চীনথোক্ল লৌর খায়নর তৌখিব মুপীসি শিখিব অনীহু থারগ ১৯ নি। মুপীন মাবু য়াই, মানস্মু মুপীবু য়াংরিবমখৈ য়াম্ন লুন তৌই। মহাক্ল শাওবনি মুপীন মাবু গাইত্রংগি খোংবীগুম শিনবহুদনি। নোংম নহামচা খরন হংই ইপুন মুপী খায়নখিব চয়োল অমফাওব কান্নদন হান্নগিন হেন্দবী অম অমুক হেক্ক পুরকপ ঙম্মিবঁবু করি মন্ত্র হৈবগে খর তম্বীয়ো। অঙলন খুম্মি, "মন্ত্র থাজরুন্নু শেল্ল তিংনবনি, অন্নাইব লাইব্রাদি লৈ। তুম্মাই, কৌগাক, আউজিরী, চংলৈ ঙন্ন হুন্নগ ঙন্ন লোকপনি। ইপুদি নবেন অম খায়নদ্রিবঁদ অম হান্ন ব্লারেপ্লহুন থম্মি, সি কা ঙ সিদ।" মুপী য়াম্নগল্লি হায়ব খঙন খঙন য়ারকইবহুবু করম্ব অপঙবীশিংনো? পঙব নত্তে, ঐগি ইতৌন থাজহনবনি।" হন্দক্তি শানৌ হবেম্মা, নংন ঐগি ইকোন কোনবী থোইবী ওইবিহুন ঐবু য়োকপিরো, মিকোন থাগোনবিরো হায়হুন হৃদিসি শেংদোকপহুদদি ব্লাই শংলপ লৈরম্ব নবেনগি জাংতি মবুক হেক্ক ওল্লি। লাইব্রা হায়ববু অহুনি।

চহি ১০দা অহলসি নাম শোনবদ মখোল থোকপ তাদে, নিংথমথাদ খোংগ্রাও অচোনব উপ্পি, ওভরকোট লিংলি, কালেন্দ হাপ পেণ্ট, বুস সার্ট any colour নহারোলগি, মশা মুংঙাইরগ লোইরে, মীন ঙাংনব তাদে। ফন মথন্নাই মুংঙাইত্রবস্মু মীঙোন্দ অন্নাব উংতে। আফিসকি চাপ্রাসী পিওন ওইবদ মাবু থবক অন্নাব চংহন্দে, ফমহুন বারী চোইঙাং নাকোং ৪ গি ৬ কি লিহন্নগ লোইরে, থিক থিক নোক্কুন পুং তাব ঙাইব মুংঙাইনব— অফিসারন মণ্ডিলাদ ক্রিংদ খিংবদ "হাজুর, আজ্ঞা করি স্নায়াথং তাকপিগদব?

মৎ চংখি। কোক চিক্লিবসি ফনব ব্রারী ওইনম্ব নাকোং ৪ গি মতেক অমত্তু তাগে। আজ্ঞা হায়রগ লুখমগী মরিদ খুৎ নামন পায়তুন মিং-নিট ২দং জু জা তৌখি, আফিসারত্থু ফাক ফাক অনীরক্তং নোক্লগ ফখিং।

খুড়াসি অহানবদ লৌব্রাই অমদৈ হৌরকই। ইম্ফালগি মহাজন দোকান্দার অমন খুড়াগি মপাম খুল য়াওব constituency অসিন Independent candidate ওইন হাকুম হাকুম অম ইলেক্সন্দ লেপখি। ময়াম্ন ইপিন্দুন খুড়ান মফমন্থদ ব্রা ভাংতুন ভোট খোম্নবদি কাব শোইরোই হায়ত্থন লুপা ২০ পীত্থন নেক্লরে। মীয়াম্মাংদ ব্রা ভাংবদি হৈজরোই, মান হৈনবদি নাকোং ৫ | ৬ তন তানব ভাংবদনি হায়ত্থন ফন য়াজদে অহানবদ। লুপা ১০ হাপ্লগ ৩০দ ভাংবিদব য়াদে হায়ত্থন কম্ন তক্লবদ খুড়াত্থু য়ারে। ভাংখিব ব্রাত্থু মতেক অমত্তং : "ননাই ঐ খুনসিদৈ হৌখিবনি মুংশিরব ইখুঞ্জা মচাশা, চহি ৮০ শুরে ওইদব হায়জরোই কনঠিমালান সাক্ষী—ঐদি লেক্টর টেক্টর হৈজব মী নচ্চদে, হোংব চাওব মহাজন ঠিকাদার ভুকান্দার শুপ্নব নিপাসি মন্নল মচন মচা য়ান্ন লৈ, মাগি উট য়েকপ উপুদ ভোট অমমমদং থাদবিয়ু। মী লৈ, পিংন পাল্লি, কাখ্রগ শেলকা চাবিদোব মীশক নত্তে, ওক্লব লৈ। মান ইম্ফালদ লেপ্তবদি মাবু কল্লক য়েংথীব মী য়ামখ্রে। লৌ ইথোল পাট্টা, ফিরোল কোল্লিক বন্ধক লৌরগ শেন্দোই থিংত কাগে য়াদে হায়ত্থন মাবু শাওনৈ। ঠিকাদা কুলিগি শেল হাংলি হায়জিনবি কল্লকুন, দোকান ফম্বদ চেং চিনি থল পিক্ল ওল্লি হায়জিনবি পেন্দবশিংন মরম অত্থন ওইদব

বা ময়ামদু তারোইদব লমসিদ লাক্কুন লেপচরবনি, চানবিয়ু—মী ফত্তব নত্তে, মীগি নামৎ মাংহনবিব মীশক নত্তে। মখোয়দ ভিক্ষা নিরুবদ চেং মুষ্টী অমদি শোয়দন দান তৌরব নিপানি। ঐন ভসি মাবু কৈ হায়দুন ভাংজরিবসি লেমন মাংহনবিদে লুপা ২০দৈ ১০ হাপ্পিদুন ৩০দা ভাংজবনি। মান কাখিব থোক্লবদি মতুংদসু চান্নব মচন মচা ময়ামদু ঐখোয় খুনসিদ থাজবিদৌরি। মরম অদুন মহা-জনসিগি উট য়েকপ উপুদ ভোট অমমমদং থাদবিয়, তুংদ কান্ননি।

ভাংব লোইরগ করিগি ৩০ দ তাকথোকউরি হংনবদ "অশেংব হায়বনি ঐদি" ফত্রবা খুম্মি। মুংভাইখ্রব, মবুক শেংখ্রব অহলনি। মাগি মশাদ অব্রাব, অতনব উদে, ফজন হিংই কল্লকই।

---

লোইরব।